লাইরিক অসি নম্বদা শেল তেংবাংবিবা ঈঙোশিং—

১। নোংথোম্বম গৌরশিং লুপা ২০০.০০

২। নোংথোম্বম যুগিন লুপা ১০০.০০

৩। নাওরেম ইবোতোন
আর, আই, এস; ডি; ও,
ওফিস থৌবাল। লুপা ১০০.০০

৪। মোইরাংথেম গন্ধাব থৌবু, মীতৈ মরূপনা প্রুফকী থবক্তা তেংবাংবিবা।

লাইরিক কপী—১০০০

ছাপা নম্ফম :
দি সরস্বতী প্রিন্টিং ৱার্কস, সেগা রোড, ইম্ফাল।

( ক )

# য়াহৌদোক

লাই-খুলদিল লালুপ হায়বসি, মীতৈদা হিন্দু ধর্ম্ম চঙকত্রিঙৈদা, মীতৈবু ময়াং গুরুনা ময়াং লাইমিং তাকপিদ্রিঙৈ. মীতৈনা লীচৎ ওন্থোকত্রিঙৈদা তৌরম্বা, লৈবাক্কী অচৌবা ওয়না হরাও-ফাওয়াম্মিন্নবা লাইথৌ ( National festival ) অমনি । লাইথৌ অসি—লমদাগী খাংজা অহানবদগী, মুংশাগী মঙাল য়েংহনা, চহি য়ৌবা মফমদা, চহি কৌবা মতমনা খুঙাবা ফাওবা লৈবাক নিংথৌগী ওয়না—তাইবং-পানবগী মপুনা হায়বদি ঈপুরোয়না, তাইবং শেমঙৈদা তৌখিবা ঈরাৎ-পু ( Primordial yajna ) নিংশিংহনা, মচীনঙৈগী পুরেনশিংহনা হৌদোকঅম্বা ঈরাৎনি ;(Primeval yajna) । লাইথৌ অসিদা, অমাইবা অমাইবীনা লাইরা-লাইরোন অহু শকই ; তিল্লিবা মীয়াম অহুনম্ম খুমহনা শকমিন্নৈ ।· রাঙুগুশিংনা (Philcsophers), লাইরা লাইরোন অহু হন্দোকুনা লৈবাক্তা খঙহল্লি । লাইথৌ অসিদগী লৈবাক্কী লমচৎ শেমগৎনবা, থৱুং ঙান্নবা অমম্মু লাইরা-লাইরোন অহুগী পুদিন ( সাহিত্য ) চাওখৎলক্লবা অমদি মাহুগী মহৈমশিং ( Education ) পুম্নমক অসিগী থোরককম ওয়বা লাইথৌ মরোং অমনি । অম্মুয়া লীচৎকি অমম্মু রাঙুরোনগী ওয়বা মরোংদা চহি অমগী শক্লা লৈবাক তিন্দুনা তৌবা লাইথৌ অমনি ।

লাইথৌ অসিবু তাক্লবা হোৎনবদা, লাই অমসু লাইনিংথৌগী (ব্রহ্ম অমসু ঈশ্বর) মরমদা থরা নৈনজরি পিকপ্রবা লমাই ৪৪ পানবা লাইরিক মচা অসিদা, লাই অমসু লাইনিংথৌগী মরমদা নৈনবা চনবা হৌনদে। লাইথৌ অসিগী মমিং অসিনা পুরিবা রাথুল (ভাব) অদু তাক্লবা হোৎনবদা থোরকপা মরী নৈনবা রারোন রাহৈ থরনি থনবিদুনা, লাই অমসু লাইনিংথৌগী—মতিক, ময়ায়, মঙল ঙাক্কোকহনবা ঙমদনা নৈনরিবা ঈরান অসি পাবিবশিংনা তাকপিগনি ঐহাককুম্বনা, তেংবানবা মপুগী মতিক, ময়ায়, মঙল থাদুনা ঙাক্কোকহনবা ঙম্বগী ঈতিকশু নত্তে। ঈপা, ঈপু পুরেনশিংনা রানা তান্দুনা পশ্নীরম্বা—কংলৈরোন অমসু পুয়াদা য়াওবা লাইথৌ, মাদুগী লাইরলাইরোনশিং অদু লীথুপ-হাংলোন ( Exegesis ) গী মতুং ইন্না, রাহায়গী মতাবীদা থোকপা থরদং হঞ্জগনি। অদুহৈ লাইহাক্তক্কী মী হৌজিক্তা কনা লৈত্রবসু—“পাথাং-পুথাং কোক্কী রাশিং” ( Traditions ) অদুদি, তুরেলগী ঈশিংনা তৎতবগুম কোকথাং ফাওদুনা চেন্থরকপনা, হৌজিক্তা ঐথোয়গী ঈরল ওয়না শিজিন্নরিবা অসিনি ‘পাথাং-পুথাংকোক্কী রা’ হায়বসিদি—কনাগুম্ব' অমনা পুথোকখিবা নত্তে—মচীনঙৈগী পুরেনশিং অদুনা তৌদুনা য়েঙাব', থঙাবা, উরবা, চুম্মবা, (থিওরিটিকেল সাইন্সভগী অমসু প্রেকটিকেল রাইজদম্‌দগী) মাদুবু লমচৎ, লীচৎনি হায়দুনা মথং মথং হায়নরকপা, চৎনরকপা অদুনি। মাদুবু লাইনা তাকপিবনি হায়না থাজনরকই।

লাইথৌ অসি, মকম, মতম অমসুং মঙাল য়েংদুনা তৌবা ইরাৎ মথল অমনি হায়না মথক্তা পনজন্নে। ইরাৎ-লাইথৌ হায়বসিদা—‘লাইশোন’ ( স্তোত্র ; Hymn ) হায়ব'মা চঙি। লাইশোন্দি—ইরাই

ঈনিন নায়না তাবদা সুংশিনবা, অমসু চৌন্দাপুবা ওয়বা, রাহায় খোং-থাং মশিং নায়না শৈরেং ওয়না (poetic ; কাব্যালঙ্কৃত) শেমগদবনি। কাব্য অদুনা ব্যাকরণ অমসু ন্যায়গী মথৌ অমুক লৈহনলকই। ব্যাকরণ, অলঙ্কার, ন্যায় শাস্ত্র খণ্ডন-হৈতবা মীনা—লাইরা, লাইরোন, লাইশোনগী লৌথুন (অর্থ) থুনজিনবা ঙমোয়; শেম্বসু হৈরোয়। লাইগী ময়াম, মঙল, মতিক পারকপদা—মতম, মফম, মঙাল চঙি। অদুনা মতমগী দমক অঙ্ক; মফমগীদমক জ্যামিতি; মঙালগীদমক জ্যোতিষ চঙি। পুম্নমক অসিনা পুনশিল্লগা লাইনা তাইবংপানবা কৌবা কুমৈ অমা শানরি হায়বা রাখুল (ভাব) অমা মীওয়বদা ফাওদুনা কুমৈ অদুগী সুংশিবা, কণ্ঠ মহু, ঈশৈ-নোংমাই (Music) শেমদুনা, শকুনা শাদুনা পুক্রি পেলহল্লি। অহানবগী অহুম ব্যাকরণ,অলঙ্কার ন্যায় (Trivium—grammar, rhetoric, dialectic); মথংগী মরি—অঙ্ক, জ্যামিতি, জ্যোতিষ, সঙ্গীত; (Quadrivium—arithmetic, geometry, astronomy and music) তরেৎ অসিবু ইডুকেশনেল সিষ্টেম ওফ সেভেন লিবারেল আর্ট্‌স্‌ কৌই। লাই-থুলদিল লালুপ হায়বা ঈরাং-লাইথৌ অসিদা, মথকী ব্যাকরণ, অলঙ্কার, ন্যায়, অঙ্ক, জ্যোমিতি, জ্যোতিষ, সঙ্গীত তরেৎ অসি চঙি হায়বদু উৎনবগীদমক লাইথৌ অদুগী মমিং অদুদা দার্শনিককী ন্যায় বিচার তৌজবনি।

অতোপ্পা অমনা লৌকিক অসিদা মীতৈগীনিতবু হায়রবদি, মীতৈ-রোনতনবু তৌরবদি ইরায়তা লায়থোকপা; মাদুনা পুরক্কদৌবা মীতৈগী তমথিরবা মশক অদুদগী কন্ননবা ফিলোসোফাইজ তৌদবা য়াদদুনা; অমসু মতম্মা ঐহাকপু ইনশিল্লক্কুনা ফিলোসোফাইজ তৌহনবনি।

টি, বোকুল

# লাই-খুলদিল লালুপ

লাই-খুলদিল-লালুপ হায়রিবা কুমজা ঈরাৎ অসি, অতুগী ঈপা ঈপু পুকোক অ মথক্তগী তৌনরক্লীবা কুমজা ঈরাৎশিংগী অমনি। লাইরিক মৈ থাবা নিংথৌ পামহৈবা হাকৃতকৃতগী হোঁরতুনা, মীতৈবু হিন্দু ধর্ম্মনা মশক শেংবিতুনা মশা ওনথোকখ্রবা ( Castrated ) নিংথৌশিং মথং মথং— ভাগ্যচন্দ্র, চন্দ্রকীর্ত্তি, চূড়াচান্দ হাক্তক্তা অজ্ঞশিং নবরত্ন ফমতুনা, মীতৈগী শাগোন্নজরকপা লাইনিংথৌ, লাইরেম্‌মা, লীচৎ অমসুং ঈরাৎথৌ পুম্নমক অরানবনি, থুনাম্বনি হায়তুনা মুৎথৎপিঘি। গৌড়ীয়া লোলদা হায়রগনা মীতৈগী দেব দেবী; ধর্ম্ম অমসুং পূজাবিধি পুম্নমক ভ্রম ধারণানি কুসংস্কারনি হায়জিনবিতুনা উচ্ছেদ ( Destruction ) তৌঘি। মীতৈনা গৌড়ীয়া .নোরিবৈদা গৌড়ীয়া লোল য়াম্না পামথৎলকপা মতম অতুদ। ফমখিবা নবরত্ন অজ্ঞশিং অতুদ—বিক্রমাদিত্যগী রাজসভা দা য়াওখিবা কালিদাস, বররুচি ওয়গ্রবনি, মীতৈদা। অজ্ঞশিং অতুগী খোংজুমতবু পরপ-পরপ মুন্নগ্রবনি মীতৈনা। ধর্ম্ম ইতিহাসকী থৌদোকৃনিনা ইবদা ঈকায় হায়তুনা চিংথবা য়াদে, ঈকায়দে। মীতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎলবসু; বামোন অজ্ঞশিংনা কুসংস্কারনি, ভ্রমধারণানি ফনা হায়তুনসু; মীতৈনা থাদোকপা ভমত্রবা; মীতৈগী লু তোংদা চুতুনা লৈগ্রবা; হৌজিকী মতম ফাওবদা কায়দনা ভাক্লক্লীবা কুমজা ঈরাৎ লাই-খুলদিল-লালুপনি।

মীতৈনা থাদোকপা ভমদহুনা ভসি ফাওবা ভাক্লক্লীবা কুমজা-ঈরাৎ 'লাই-খুলদিল-লালুপ' হায়রিবা লাইথৌ অসিনা পুরিবা রাপু ( Significance ) অহু, কুপনা শুগাইনা খঙ্ব্রবদি কানবা ফংদহুনা লায়থোরক্কনি। হৌজিক্কী লাইরিক মতম্বী অসিনা পোরকপা লাইরিক হৈহুনা মমিৎ লাওরবা, মিৎয়েং পাকঅবা, পুকচেল চাওরবা কাঙবুনা, লাইথৌ-তীলথৌ, ইপানাৎ-ঈপুনাৎ চেৎনা থাজ্জবা কাঙবুবু—"পং-থা থাজবনি, নাতৈহুক্কবনি" (Orthodoxy, Superstition) হেক্কা হায়জিনবা ভম্বা ; করিমতা থাজরবা (Heterodoxy) পুন্নানগী কাঙ-বুস্থ লৈতবা নত্তে। নথোয়না (হেটেরোডোক্সীশিংনা), সাইন্সনা পাই-হুনা থা য়োরবা মতম অসিদা, ধর্ম্মগী, লাইগী, অশেং অমাং তৌহুনা লৈবা মতম নত্রে হায়হুনা য়াম্না অশিংবা শারি। উম! হায়রিসিবু হায়হুনা মথোয়গী (পুন্নানশিংগী) মতৌ য়েংঙ্রগদি-অতলবা পোক্লকই। লাইথৌ-তীলথৌ, ধর্ম্মগী, লাইগী হায়রবসিদা য়াওরিবা থুপ্না লৈবা অরুবহু মথোয়না খঙ্কবা ভমদে। "It is difficult, mysterious, deep hidden from the coarse mind—Ancient Indian Education—p. 380" অহুনা হৌজিক মীতৈগী লাই-খুলদিল-লালুপ হায়রিবা লাইথৌ অসিগী রাঙ্ (ফিলোসোফী) নৈনরসি।

লাই অমসু লাইথৌবু তাকইবদি—"কংলৈরোননি"। মীতৈগী কংলৈরোন হায়রিবসি হিন্দুগী "বেদ" গুম্বনি। লাই-খুলদিল-লালুপ নৈনগদৌরিবনিনা, লাইদগী হান্না হৌবা তারে। লাইবু শমলপনা হায়রবদা—লাই মহাকমক্লা ওয়রিবগী হৌফমস্থ মঙোন্দনি, মহাকমক্লা লৈরিবগী মরমস্থ মহাক্নি, মহাকমক্লা লৈরিবসি মহাক্লা পুথোকখিবনি। "God is the ground of his own being, and regarded as

"cause" of his own being, he is, as it were, efficient cause of his own existence. (Descartes)" হায়রিবা অসিদগী খঙে— লাইবু রাহায়না ফোংদোক্তুনা খঙহনবা ঙমদে। খঙনিঙিবা মীহুনা লাইগী মিংথৈরোন (Semasiology) অহুগী মরমদা পুক্নিং লুপাশিন্দুনা মিংথৈহু নৈনরগা The study of the relation of signs to the objects to which the signs are applicable মঙোন্দতা ফাওজগদবনি মঙোন্দা ফাওরিবহু, অমুক অতে থা মী অমদা মানা খঙহনবা ঙমদে। অহুবু লাই-থুলদিল-লালুপ নৈনরকইবনিনা, 'লাই' হায়রিবা রাহায় (term) অসি মীতৈরোনগী রারোনথোক্কী মতুংইন্না অমম্ব রাহায়গী অরুম অয়াংগী মতুং ইন্না থিসি।

রারোম্বোক খিনবগী 'লাই' অসি থুগাইহুনা (Analysis) রারোন থায়দোকঅবদি—লা + ই = লাই অসিদগী, মমৈগী 'ই' অসি লোথোক্অবদি 'লা' লৈহোই ল রারোন অসিনা করিবু খঙনবগে হায়ববু—'লা' অসি লুমনা হায়রগা লফু·লাবু খঙনৈ য়াংনা হায়রগা ফো ফোনবা লা ফোরা নত্রগা শন্দোকপা খঙনৈ শন্দোকপা খঙ্নবা লাদা 'ই' তপশিল্লগা লা + ই = লাই হায়রবনিনা অহুম শন্দোক্তুনা মপান পোলোইঘিদবা ( Infinity ) হায়বহু ওন্নথি। ঐখোয়না খঙ্গদোবা—মপান পোলোইঘিদবা পোৎসি (object), হৌজিক ফাওবদদি খঙ্বা ঙমদবা পোৎ ওয়রি ( the object of a non-sensuous intuition) লাই হায়বহুদি—লেংদ-মাঙদনা অহুম লৈবা (Eternity) অমনি [illegible] লৈবা অহুমদি ঐখোয়দা ফাওই। লেংদ-মাঙদ[illegible] মনি। ঐখোয়দা লৈ

হায়না ফাওরিব, মতম হায়বসি কমদোই হায়বদা — হায়না অহুম অনি থোক্না খায়দোকঅম্মে ( It was formerly divided into two eternity ) । মাহুদি — হৌজিক্তগী মাংলোমদা লোম্বা নায়দন শন্দোকখিবা মতম অমা (eternity a parte ante); হৌজিক্তগী তুংলোমদা লোম্বা নায়দনা শন্দোকখিবা মতম অমা (Eternity a parte post) অনি অসিনি। অসিগুম্বা অমদি ফাওরগা—অমনা মাংলোমদা লোম্বা নায়দনা শন্দোকখিবা ; অমনা তুংলোমদা লোম্বা নায়দনা শন্দোকখিবা অনিসি — মাংগা তুংগা শম্নদবনিনা, মথক্তা পনথ্রবা মপান পোলোইদনা, ঙমথৈ নায়দনা শন্দোকখ্রবা অহুগা মশা অমতা ওয়ঘিবগুম থাইদোকপা ঙমদ্রে, লেংদবা ওয়খ্রে। 'মপান-পোলোইদবগা' ( Infinity ); 'লোম্বা নায়দবগ ' (Eternity) অনিসি মশা অমতগুম তিনশিনখ্রে।

মথক্তা মতমবু মাং, তুং হায়হুনা অনি থোক্না থায়দোকইবসি—লৈরিবসিনা মতমগী মঙুংদা লৈহুনা, লৈরিবা অহুতনা চৈথন ওয়হুনা অনিথোক্না নিঙ্ বনি, মহাক্তি (মতমদি) মপুমনি। লৈরিবা, ওয়রিবা অসিনা মতমবু থায়দোকপা ঙমদে, ওয়রি-লৈরিবা অসিদা মতমনা ফাওহুনা চৎখি। লৈরি-ওয়রিবা পোৎ অহু, মমিং অহু, মতমনা মঙুং মপান শিনগুংলি ( Extending over the whole of a thing). মতমনা মঙুং মপান শিনথুংলিবা, মতমগী মপুক মঙুংদা লৈরিবা ঐখোয়না মতম হায়বসি করিনো হায়না হেক থক্কবদা—খল্লিবা মতমহু হেক চৎখি ; অমনা হেক শিল্লে। অহুনদি মতম হায়বসি—লেপতবা অমনা "ওয়রিবা, হৌথ্রবা, ওয়রক্কদবা" অহুম, মাংগা তুংগা শম্নহুনা, অকক্নবা অতেন অশাং ঙমথৈ নায়বা

ময়াম্না পুনশিন্দুনা উঙহুনা লৈবা অমা নত্তনা করিস্নু নত্রে। অহুনা হৌজিক ঐখোয়না অম্নুম্না লৌরসি। মাহুদি—অহুম ওয়হুনা লৈবা মপুম ওয়বা মতম অমা ( Absolute time ); অকক্নবা মতম ময়াম্না পুনশিন্দুনা উঙহুনা লৈবা মশিঙ চৎপা মতম ( Mathematical time ) হায়বা অমা। লাই কৌবা মমিং অসিবু নৈনরকপদা —লাইনা ফুদোরকপা ময়ায়নে, মঙলনে, অনি ফঙে। মাহুদি— মতমনা লাইগী ময়ায়নি (Energy); মফমনা লাইগী মঙলনি (Emergence)। লাই কৌবা মমিংগী য়ারোম্বোক্না (Etimon) লাইগী 'মঙল ময়ায়' ওয়রিবা 'মফম মতম' (Space-time) অনিবু তাকই।

লাই হায়বা য়ারোননা লাইগী মঙল-ময়ায়বু ( Space-time ) তাকয়ে অহুনা হৌজিক খুলনা করিবু খঙ্নগদগে হায়বহু অমুক নৈনসি। 'খুল' হায়বসি য়াহায় অসিমত্তনা মপানগী মশক্তা মান্নদবা অনিথক খঙনৈ। মাহুদি—মী তাবা মফমবু, ইম্ফালদনা লৈরক নত্রগা লৈকাই কৌনবহু; ইম্ফালগী মত্তায়দনা খুল কৌই। লৈপাক্তা নত্রগা করিগুম্বা অমদা হুৎতুনা হোবস্নু "মখুল" কৌই। মী তারিবা খুল হায়বসি মফমনি। উচীনা, শাবীনা, তীলনা হুৎতুনা হোরিবা মখুল অহুস্নু মফমনি। মী তারিবা মফম অহু তারিবা মীশিং অহুগী মখুলনি। মৈনা চাক্তুনা হৌরিবা মখুল অহুস্নু মফমনি। লৈমায়থক্কী মী তারিবা লম অহুস্নু মফম কৌই; হোরিবগী অহাঙবা লম অহুস্নু মফম কৌই। লৈমায়থক্কী লম অহুগা, অহোবগী 'লম' অহুগা মপানগী মশক্তা মান্নদ্রবস্নু, হজিল্লকফম ওয়রবা হায়বহুদা মানহুনা, মশক মান্নদবা অনিমক্কী মমিং মফম কৌই। লাইবু নৈনরকপদা, লাই অহুদি লোৎখ্রে, খঙবা ঙমদ্রি; লাইগী মঙল-ময়ায়দি

( Space-time ) ফডি। লাইনা তেংবানবা অমস্ু ভাইবংপানবা শেম্মগে নিঙহুনা লাইগী মথৌপুৰা ( Agent ) খায়দোরকই। লাইগী থৌপুবা ( Agency ) মঙল-ময়ায় অহুবু 'মকম মতম' কৌরিবসি মতিক খঙনা থোনবা মমিংনি। লমদম মফমদা, মতমনা চেন্দুনা, তেংবানবা অমস্ু ভাইবংপানবা শাগৎলকপনি। S. Alexander and C. L. Morgan. According to their doctrine of Emergent Evolution, Space time is the matrix of the world, out of which have emerged matter, life, mind and Deity. তেংবানবসি শাগৎলকপদা—মফমদা মতমনা উঙই ; তেংবানবসি থুপচিনথিবদা মতমগী মবুক মহুংদা মফমনা চঙখি। (Equilibrium)।

লাইবু নৈনরকপদা, লোম্বা খম্বা নায়দবা লাইগী মঙল ময়ায় অনি ফঙে। মঙল ময়ায় অহুবু মীওয়বনা মতিক খঙহুনা—মফম-মতম কৌরে। 'লোম্বা' রাহায় অসি মফমদস্ু, মতমদস্ু শিজিন্নবা য়ায়। অহুম্না খম্বাস্ু মকম মতম অনিমক্তা শিজিন্নৈ। লম্বী খম্মেহায়বদা মফমবু খঙনৈ ; কৈথেল খম্মে হায়বদা মতমবু খঙনৈ। উতোল লোম্মে হায়বদা মফমবু খঙনৈ ; পুন্সি লোম্মে হায়বদা মতমবু খঙনরে। নৈনরকইবা রাকম অসি, পাবিরিবা কনাগুম্বনা—লৈশিন হনজিন্দুনা লৈরে হায়না খলবিরম্বস্ু য়ায় (পুনরুক্তি দোষ) য়াক্লা পুজরকইবা রাপু ঈচেল অসিগা ঈরোইননা ( inquisitive ; অনু-সন্ধিৎসু)পাবিবশিংনদি—উৎনিঙিবা পোশক অসি তাক্লনবা হোৎনবদাস্ু চিথ-নাঙ্ক হোৎহুনা অশোয়অঙাম য়াওগদরা খলহুনা কুপনা শেন্নহুনা পুরকই হায়না উবিরমগনি। অহুগীস্ু মথক্তা উম ! লোল হায়বসি

খল্লু খল্লবনা থুঙাবা রাখুল ( idia নত্রগা ভাব ) অদু, হাপ্পা চনবা পুবাঙম্বা থিরকপদগী লোল মশিং য়ামথোরকপনি হায়বসিমম্থু ফাওবিরমগনি। অদুগা লোয়নন লোল হায়বসিদা—লাইরা, লাইরোন, রারীশিংবুল, অচুম্বা, মাঙভদবা পুন্নমক অসি তুমদুনা লৈ ঈপাদা ঈপুনা তাক্লুনা অদুডৈ লাই হাক্তুকুগী পাথাং-পুথাং কোক্কী ওয়না লাকইবা চৎনবী পুন্নমক অসি নৈনরগা ; তুমদুনা লৈরম্বদু পাঙকতুনা চোংথোরকই হায়বসিমম্থু উবিরমগনি।

লোম্বানায়দবা, খম্বানায়দবা, হায়রিবা মিং ওয়না লৈরিবশিং ( Signs) অসিনা, খঙগদবা করিগুম্বা অদুগী মপুম ওয়বা মরোং মতৌ অদুবু তাকই। হুমিং, খ', খাবী, খাবুং, থৌরানমিচাক, নিংথৌতুরেল পুন্নমক অসি, কোরৌ নোঙাদোল লঙ্কাং-লমজাও অসিগীদি মরীক মরীক অমমম্ ওয়না উম্বিবসিনি। মিৎনা উরিবা পুন্নমক অসিদি, মপুম নত্তে, মপুমগী শরুক খরনি। মীতৈরোন্দা "মপুম" হায়বসি "মকুপ" কা তুম্মা চৎলি, অমনা অমগী মায়োক ( opposed to ) ওয়। মফম মতমগী মরমদা শাংনা তোঙাল তোঙালবা রাপুদা মহৌশারোন (Natural theology) নৈনরক্লী। মফম-মতম হায়বসি লাইগী মঙল-ময়ায়নিনা মতিকম্থু হেক খঙবা ঙমদে। হন্না হন্না শাংনা নৈনদুনা, অনিগী ( মফম মতম ) মরোং মতৌ পুক্লিংদা ফাওদুনা—লাইগী মঙল ময়ায়নি, লাইগী থৌপুবনি ( Agency ) হায়বা খঙবা ঙম্মবদি—মীওয়বনা, মফম মতমগী মহুংদা ওয়দবা ঙাংবা, অরানবা তৌবা, লাইদা তম্মুনি, লাইনা খঙঘিনি হায়দুনা কিগনি কিদবগীদি কিদ্রে; মখোয়দি লাই অদু মকম্থু থাজদে, কিদে, হুংশিদে। মফম মতম অনিবু লোম্বা, খম্বা নায়দনা শন্দোকখিবগী মরমদা

নৈনরক্লী। মফম মতম অনিনা অম্সুম পিকশিল্লক্তুনা—মফমগী মরাক, ময়ুং, মরেপ মাংঘিত্থনা ময়োম্বা ঙায়রে ; মতমনা অম্সুম কুপশিল্লক্তুনা লেংবগী মতৌত্থ পুক্লিং বাথুলগী, ঙমঘৈদা ( Point-event ) থুঙৈ। মফমনা পিকশিল্লক্তুনা ময়োম্বা চপশিনথ্রবদি, চপশিনঘিবা মফম অত্থবু 'খুল' কৌই রাঙ্দা (in philo)। মতমনা কুপশিল্লক্তুনা পুক্লিংদা থুঙাঙ্গিবা মফম ( mental plane) অত্থবুসু 'খুল' কৌই রাঙ্দা ( in philo )।

মফমবু—মরাক, ময়ুং, মরেপ, মরোং অহুম ( Three dimensions ) থঙৈ। মতমবুনা মতৌ অমা ( One dimension ) থঙৈ। মফমগী মপান নায়ঘিদ্রগা নায়ঘিদ্রে, ঙমখৈ নায়বা মফমগীদি অহুমসিনি (মরাক, ময়ুং, মরেপ)। মতমগীসু লোম্বা নায়ঘিদ্রগা নায়ঘিদ্রে, অকক্লব মতমগী মমিংদি য়াম্মী। অকক্লবা মতমগী খাইদগী চাওবা মতমদি চহিনি। চহিনা হনজিন হনজিন চৎতুনা চক্, হক্কো অমসু লোম্বা নায়দবা মতম ( Absolute time ) ওয়খি। চহিনা ভেনশিল্লক্লগা—য়ারোন (অয়ন)—কুম্বী (দক্ষিনায়ন), কালেন (উত্তরায়ন), থারুক (ঋতু), থা, নিম্মাং, নিন্দুং, চয়োন, নোংমা, নোংমগী মমিং তরেৎ—নোংমাইজিংদগী থাংজ ফাওবা। নোংমনা হনজিন হনজিন চৎতুনা থা শাই, থানা হনজিন হনজিন চৎতুনা চহি ওয়। চহি অমবু মঙাং, লুরাং, থুমন অহুম্না শিন্ন-শিন্ন পুই। নোংমবুসু মঙাং, লুরাং, থুমন অহুম্না শিন্ন-শিন্ন পুই। অত্থনা নোংমবুসু মতমগী মপুং ফাবা মশক অমনি হায়নৈ। নোংমগী মতম অহিং সুংথিল অনিবু অহিংগী য়ুথক ৪, সুংথিলগী য়ুথক ৪, য়ুথক ৮ থোক্লা থায়দোকই। পুং ৭½ না য়ুথক ১ শাত্থনা নোংমগী পুং ৬০ নি। পুংদগী কুপথরগা, নিংশা ৩৬০ না পুং শাত্থনা নোংমগী

পুং ৬০ × ৩৬০ = ২১৬০০ রক নিংশা তোল্লি নিংশাদগী কুপথরগা মিকুপ ৪ না নিশা । ওযতুনা নিশা ২১৬০০ × ৪ = ৮৬৪০০ রক মিহুল হুল্লি। মিহুলদগী কুপথবগ', মিকুপ ৪ না মিহুল শাদুনা মিহুল ৮৬৪০০ × ৪ = ৩৪৫৬০০ মিকুপনি। মিকুপ অমদগী মিকুপ অমদা লানখিবা ( চৎখিবা ) অহুম্ মতম চংবনিনা, মিকুপতগী কুপথবা মতম বুনা নাহুম কৌই। নাহুমদগী কুপথবা মতমবুনা পুক্লিং কৌই। পুক্লিং কোবা মতম অসিদি, থোদোক অতগী মরোং অপুম্বত্ত পুক্লিংদা ভিনশিনপ্রে, পুক্লিংদা ফাওবদা ভায়রে ( an event with all its dimensions ideally restricted ) পুক্লিংদ ফাওরিবা মতম অসিনা, মতম হায়বসি লেপতনা অহুম উত্তনা লৈবা, তমনায়দবা মতমনি ( Timeless time ) হায়বতু মীওয়বদা খঙল্লি।

মথকী অম্মুম্না ওয়রিবা মতম অসিগী মহুংদগী পুক্লিং নাহুম কোবা মতম খায়দোকঅগ', মিকুপনা হোবা চহিনা লোম্ব, মতমশিং অসিবু শিঙচৎপা মতম ( mathematical time ) কৌই চহিনা লোম্বা মতম অসি, চহিবু মমিং থোনজিন্দুনা—"হয়িচক, হযাংচক, খুনুংচক্ লাংবচক" হায়দুনা চক ৪ শুরি। চক ৪ অসি চহি ৪গী মমিংনি। চহি ১০০ বু মমিং হঙ্কো কৌদুনা—"পোইহঙ্কো" নচিংবা হঙ্কো ৪ শুরি। হঙ্কো ৪ অসিনা চহি ৪০০ শুরে হাযবা খঙনৈ। চহিগী মমিং চক, হঙ্কো ফাওবা শিঙচৎপা মতমগী মহুং চল্লি। চহিগী মশক করি থেন্নবা লৈদুনা, চক, হঙ্কো হায়দুনা তোঙাল তোঙালবা মমিং থোল্লিবনো হায়বদা ! চহিনা হনজিন হনজিন লৈদুনা চেনবদা ( Cyclical recurrence ) লমথাবুংদা ( starting point) থুঙাবদা নুমিৎ ৩৬৫ ¼ চডি। নোংমগী মশুং অম হেনথি বত্ শাগৎদুনা, মরিশুবা চহিদা নোংমা চাওপোকুনা নুমিৎ ৩৬৬

নিনা চহি শাই ১বা ২বা ৩বা ৪শুব চহি পুথাক্রবগী দমক, চহি ৪মক্তী মমিং নাযনা খণ্ডনৈ। অতুগুম্বা চহি ৪০০ দা শুমিৎ হুমনি চোংথোকপা খণ্ডনবগী দমক চহি ১০০ গী মমিং হঙ্কা। কৌহুন', চহি ১০০/১০০গী মমিং নাযনা খণ্ডনৈ মথক্তা শিণ্ডবপা মতমদগী থাদোকথিবা—নাহুম, পুক্রিং, কৌব মতমশিং অতুগীম্ব নাহুম অমদগী নাহুম অমদ' লানঘিবগী নাহুমদা লোম্ব' (limit), এব্রা কৌব চাং খবদি লৈবি। পুক্রিংদা লোম্বা (limit), রাই কৌবা চাং খবনি লৈরি শাংত্রবা চহি ৪০০ গী মহুংদা যাওবা কুপত্রিং (infinitesimal) ওয়ত্রব, এব্রা, রাই, ময়াম্না পুনশিন্দুনা চহি ৪০০ দা শুমিৎ হুমনি চোংথোকই অতুনা চহিন' থুঙাতনা লমধাবুং যাবম শুমিৎ ৩৬১ ৰ্ত অসি চপ চানা তাদে, খজিক শোযনৈ। চহি ৪০০ গী মহুংদা চেল্লিবা কুপত্রিং ওয়ত্রবা, এব্র রাই ময়াম্ন পুনশিন্দুন চহি ৪০০ দা শুমিৎ ৩ নি শোযনবত্ব পুথোক্রবনী দমক চহি ১০০/১০০নী মমিং পোংইহঙ্গো, তায়োহঙ্গোনচিংবা হঙ্কা ৪ শুরি।

মঙালনা যাঙবসি (velocity) সেকেণ্ড ১দা মাইল ১৮৬০০০ য়াঙনা চৎলি হায়না বৈজ্ঞানিক পণ্ডিতশিন হায। মাইল ১৮৬০০০ কী মহুংদ' লৈবা "মম" (বিন্দু, limit o) খুদি দা "তম" ন লৌভি (event)। মফমদা মতমনা চেন্দুনা মফমবু ঈথক হৌহল্লি; মফমদগী মতম খাইদোকঅবদি কৈশু য়াওদবা (mere blank, শূন্য-গর্ভ) ওয়হুনা মাবু তাক্লনবা করিমতা লৈত্রে। মতমদা মফমনা হনজিন্দুনা মতমবু চেনহল্লি; মতমদগী মফম খাইদোকঅবদি লেঙদবা তম্‌-নায়দবা (Timeless) ওয়হুনা মাবু তাক্লবা মতৌ অমতা লৈত্রে। অহুম লৈহৌরগদবা মাঙলিঙায় ওয়ত্রবা মফম হায়বসি—মতমহুনি।

অহুম ওয়হৌরগদবা চাকনিঙায়, কংনিঙায়, পুমনিঙায়, চুপশিন্নিঙায় ওয়দবা মতম হায়ব'সি মফমহুনি। মরোং মতৌ খায়দনা অমতা ওয়রিবা অসিবু, মরোং-মতৌ খায়দোক্কে হায়ৱনা ময়াই-খায়বা ( Interposition ) অমনা, ময়াই খায়হুনা মরোং মতৌ উৎলকই ; মরোং মতৌ অহুবু মফম মতম কৌরিবা অসি'নি ময়াই খায়বা পাঙ্গলসি কদায়দগী লাকপনো হায়বদা। তে'বানবগী মপুনা তাইবং শেমগে নিঙ্বা পু'ক্লং ঈথক ঈপোমনা ফুবদা, "লেতবনা-পিকথনবা-মপুম" ( The sensorium of God ) অহু পোকখায়হুনা হাংদোরকই। হেক হাংদোকপগা ভাস্থোরকই। ভাস্থোরকঅবদি মৈশা লৈরে ; মৈশাবা পাঙ্গল পুন্নমক্কী হৌভমনি ( Agent )। পাঙ্গল অসিনা ফুবদগী মফম মতম অনিনা মথো পাংথোরক্কুদা মারোং মতৌ তাকখি।

লাই হায়বা রাহায় অসিবু কুপনা থুগাইহুন' থিরকপদা—লাইগী মঙল্ ময়ায় অহুতা ফজি, লাইদি লোৎতুনা লৈ। ফজিবা মঙল, ময়ায় অসি করি পোৎনো হায়হুনা মন্না কুপথি থিরকপদা হী-চীরোনগী ( ontology ) মতুং ইন্না হৌজিক লাইরোমদা নকশিল্লকলে ; লাইনা মহাক মকপু তাকচরকলে, মতিক ফাওরকলে। হৌজিক, মঙল, ময়ায়, মতিক, হায়হুনা রাহায় অহুম ওরে। রাহায় অহুমসি ভাংন-শানবা মতমদা মঙল-ময়ায় হায়রবস্থ, মতিক মঙল হায়রবস্থ, ময়ায় মতিক হায়রবস্থ ইমান মান্নবগুম শিজিন্নে। তশেংবমজি রাহায় অহুমশি রাঙুরোনদা ( ফিলোসোফীগী টাম'দা ), তোঙান তোঙানবা "রোং-তৌ-চৎ" নি। রারোলশিং অসিদা লাই মশাগী 'ম' না মাং থাহুনা, মরোং, মতৌ, মচৎ, ( Religion of god and

his works ) হায়ঘিবনি। মগুলস্থু ময়ায়স্থু পাঙ্গল খোক্তনা থুপ-চিন্দুনা পুন্না অমত্তা ওয়না লৈরম্বদগী ; মতিকনা ময়াইদগী থওৈরকপদা মণ্ডলনা ময়ায়বু থওৈরকই ; ময়ায়না মণ্ডলবু থওৈরকই। মগুল ময়ায় মশেন থওৈনবতুনা (The influence both upon each other) ভেংবানবগী পাঙ্গল ফুদোকখি। অহানবা থওৈরকইবা পাঙ্গল অতুবু লাংগী অনিভব অদুনা থওৈরকপনি হায়তুনা লাই-নিংথৌ = লাই-নিংথৌ কৌই। মাগী "হ।" না ভাইবং শাল্লি হায়তুনা সনাবতী লাইনিংথৌ কৌই।

পাঙ্গলদি পোং য়াওদনা ফুদোকপা ঙমদে (Energy cannot exist without matter)। অদুনা ভেংবানবগী পাঙ্গল ফুদোক-খবনি। পোংচাক্তগীনি (Primordial atom)। অহানবগী পাঙ্গল ফুদোরকখবা পোংচাক অসিবু মতোন্দগী মৈ হওৈতুনা মৈশা ফাও-রকই হায়তুনা মহৌশা কৌই। মহৌশাবু, মতোন্দা লাই চঙতুনা লৈ হায়তুনা লাইলৈমা = লাইরৈমা কৌই মৈনা পোংশকী মতেং য়াওদনা মৈশা মতাগ ফুদোকপা ঙমদে। পোংকী মতেংনা ফুদোরকইবা মৈশা মতাগ অতুবু মৈ কৌই। পোংচাকী মতেংনা ফুদোরকপা লাইনিংথৌগী পাঙ্গল অতুবু লাইরৈমা (Forces of Nature) কৌই অদুনা লাইরৈমা হায়বা মিং অসিদা লাইনিংথৌ য়াওরে ; লাইনিংথৌ হায়বা মিং অসিদা লাইরৈমা য়াওরে। লাইনিংথৌ লাইরৈমা থাদোক্তদে ; অমা য়াওদবদা অমস্থু থুপথ্রে। মগুল, ময়ায়, মতিক হায়রিবৈদদি মশক নায়রমদে "হি" বু (Essence) খগুনরম্মী। লাইনিংথৌ, লাইরৈমা হায়রকঅবদি মশক মরোং নায়রে (Anthropomorphism) মশক মরোং

হায়ছুদি নকম কান্ন ; মফম লৈতনা মরোং লৈবা য়াদে ( form cannot exist without space ) লাইন নিঙ্বদগী ভেংবানবগী পাঙ্গল থঔথরকপনিনা, নিঙবা হায়বসিদি মতম চংি, ঐহাক্না মতম য়াওদনা নিঙবা ঙমদে ( I cannot think without time )।

লাইনা মশামকম্নু মশক মরোং লায়রগে, মশক মরোং লায়বা তাইবংপানবা শেম্মগে, তাইবংপানবা নত্তুনা কুম্মৈ ( সৃষ্টি লীলা ) ওয়রোয় নিঙ্ছুনা, তাইবংনা লৈননবা লাইগী মশামক্না মফম ওয়ঘি। মশক মরোংগীদি মপুন্সি লৈব হৌনবনিন লাই অতুমক্না মতম ওয়ঘি। লাইগী মচংনা ভেংবানবগী পাঙ্গল ওয়হুনা থঔরগা, লাইদি মাগী তাইবং কুম্মৈ কৌজংগী ( Creative power of God, phenomenal emanation ) য়াংমদা লৈথ্রে। লাইগী পুক্নিংনা "মরম" ( Cause ) ওয়হুনা, মফম, মতম মশেন অমনা অমবু থঔনহুনা ঈরোইননা চেন্নি ( Concomitance ; সহবর্ত্তন মাসিদগী থঙে। নোংথাংলিকশিংনা ( নোংথাং মকুপশিং ) নিক্নিবশিং অহুদগী হৌরহুনা মালেমনা নুমিৎকী মকোয়বদা লঐরিবা কাওবসি করিগুম্বা উঙমদবা পাঙ্গল অমনা থঔরকইবা অহুগা ঈরোইননা পুরকপা থোহঐনি ( From the vibration of electrons to the revolution of the earth round the sun, every event is the effect of some invisible force working in harmony with the law of causation) লাইগী পুক্নিংনা মরম ওয়হুনা মফম মতমবু থঔহুনা ; মফম, মতম, থোরমগী, লাংলোনা ( স্পেচ টাইম কোজেশনগী নেটরার্কন ) ভেংবানবা অমম্নুং তাইবংপানবা শেমই। লাইগী পুক্নিংনা থঔরকইবা লাইগী মঙল, ময়ায় অহুবু লাই মশামকুগী

শীদোরকপনি হায়তুন পুয়াদা অশীবা কৌই। অশীবনা থেঙ্গু তোংহুনা লৈপাক লৌরুরগা লৈশেম্মকই হায়ন লৈথক লৈখারোন পুয়াদা হায়রি।

‘অশীবা’ (Divisibility)—হায়রিবসি—মপুম অহুগী (The absolute) শরুক কয়া থোক্লা শীদোক্অবমু, মতিক অহুদি মপুম অহুগা তংনদে। লাইগী পুক্লিংনা অহানবা পাঙ্গল (Energy) ওয়হুনা থঔবদ', লাইগী মশাদগী মকম, মতম, অনি চাংথোক্লুনা, মকম, মতম মশেন অমনা অমদু থঔনৈ য়ায়বী পাঙ্গল অসিদি মৈশানি। মৈশা অসিনা লাইগী মশাদা য়াওবা পোৎচাকলিকশিং (Physical atoms) অহু চাকই মৈগা শম্নবু, মৈনা রাইবা কৌই। লাইগী য়ায়বী মৈশান থঔহুনা, পোৎচাক্তা রাই হায়হুনা থঔ+রাই=থৌরাই কৌই। মতাং অসিদা মীতৈগী রাথুল-রাপুগা (Thought)-হিন্দুগীগা থরা থেম্নে। মহুদি—মীতৈগী থৌরাই হায়বসি, হিন্দুগী প্রাণ-হায়বসিগী চপচাবা প্রতিশব্দ নত্তে। হিন্দুগী প্রাণ হায়বসি প্রাণ, অপান, সমান, উদান, ব্যান হায়না মুংশিংনি হায়। মীতৈগীনা থৌরাই মঙা হায়রগা—উবা, তাবা, মনমনম্বা, শোক্লবা, মহাওলৌবা মঙা অসি থঙনৈ। কুপ্না নৈনরম্দি অমতা ওয়খি। তোঙান তোঙানবা রাথুল রাপুদা চৎথরকপদা, মতাং অসিদা তোপ-তোপ্পা অমা (Distinction) কনচোংথোক্লুন, উৎলম্মী হায়বতনি। অহুনা হৌজিক মথা চৎথসি। লাইগী মশা ওয়রিবা মকম (Space) হায়বসিদা "উকুল" না (মহাক্লদি মমশিনহনবা মিৎনদি উদবা মকুপশিং (Physical atoms) পিকথম্লা লৈ। লাইগী পুক্লিং হায়বসিনা লাইগী লেফুগী মরেকশিং (Psychic particles)

না শাবনি। মকমনা লাইগী মশানি, মতবনা ল ইগী পুক্লিংনি। পুক্লিংনা হকচাংদ', হকচাংনা পুক্লিংদা মশেন থওনহনা, অমনা অমগী থওবু ওইহনা লমজিংই, মথৌদা মশা-খিংহল্লি, পোকথোকহল্লি। মকমদা মতমনা হেক লেংবদ,—মকমদা লৈবা উফুনলিকশিং (Physical atoms); মতমগা লোয়নরকপা মযেকশিং (Psychic particles); উফুনলিকশিং অমসু মরেকশিং অহুনা য়াওবা চিংশিনবগী পাঙ্গল (Molecular attraction) অহুনা চিংশিন্নহনা তিনশিনখি, পুনশিনখি মশা মশাদা য়াওবা নোংথালিকশিং অহুন', মৈরীকপিনা মৈজাও ওয়খিহন', উফুন মকুপ মকুপনা নিংথৌ তুরেল নীহারিকা (Nebula) ওয়খি।

তোঙাল তোঙালবা 'কুপ'শ্রেং, কুপলেন' (পরমাণু, অতিপরমাণু) মকুপশিং অসিদা য়াওবা নোংথালিক ইলেকট্রোনস, প্রোটোন্স নিউট্রোন্স কৌবা নোংথাংলিচাগী পাঙ্গলশিং (Electromagnetic forces) অহুনা চিংথোক চিংশিন অমনা অমগা ফুগাইনহনা চহি কোটি কোটি থুগাইবা শাগৎপগী মতুংদা অঙকপা ফংনা চাওপ্রবা নিংথৌতুরেল ওয়খি। মকুপতগী পুনশিল্লকুনা শাগৎলকইবসি, মতা চারুহনা ওয়থোক-হুংথোকনা ওয়ঘবা নত্তে; লাইনিংথৌ সনামহীবা তেংবানবা অমসু তাইবংপানবা শেম্মগে নিঙবা পুক্লিং কাংলম অমগী মতুং ইন্না শাগৎলকপনি—The theory is that every material substance is made up of congerius of atoms, not united fortuitously, but according to fixed law. অশীবনা, তেংবানবা অমসু তাইবংপানবা শন্দোক্লগে হায়হনা মশাদগী 'হী' পুথোকখি হায়হন অশীববু সনামহী কৌই। হীগী ময়ায় অহু

হুমিৎ, থা, থৌরানমিচাক পুম্নমক্তা ১৬ঙঘি। মপুং ওয়বা ময়ায়না হুমিৎতা ৈঁদঘি মরম অতুদগী মীতৈনা হুমিৎপু সনামহীগী মথৌপুবনি (Agent) সনামহীনি হায়না খুরুম্মী, লাংলি।

নিংথৌতুরেলদগী হুমিৎ থা লৈশাক্কাও অমম্ম লৈশা ইংধরক্কুনা থৌরায় ময়োন চোঙকপা ফাওব অাস—অশীবনা তেংবানবা অমম্মং তাইবংপানবা শেম্মগে নিঙ্বা পুক্লং ঈথক অতুনা, মিনা মিরাং হাইবগুম, পরিংলাংশঙ্ হুন্দুনা, তেংবানবগী পাঙ্গল ( universal energy ) মপুং ফারে। অকনবনা অশোনববু চিঙৈ, অশোনববু ময়ায় পাঙ্গল কাঙ্হন অকনববু চিংহুনা, মা-মাগী অকক্নবা কাঙলম ( Axis ) অহুদা লঐহুনা পাঙ্গল লেপহুনা লৈরে। হুমিৎনা পাঙ্গল মপুং ওয়হুনা "তল তুম-লৈন-মৈনায়ব" কৌহুনা তেংবানবগী পাঙ্গল থওরে। হুমিৎতগী থোকপা মতম কালৈ অকক্নবা—হৌখ্রবা, ওয়রিবা ওয়রক্কদবা ( All spec·f·c and finite periods of time whether past, present or future ) হায়বা মতমশিং অসিনা ভৎনদনা উঙহুদা লৈরে। তল তুম লেন-মৈনায়বদগী ফাওরকপা মৈশাহু ইংধরক্কুনা মনিন ওয়ঘি। মনিম্না মহী ওয়রকই, মহীবু —হী পুম্নমক খোমজিন্দুনা তাওহুনা লৈ হায়দুনা নোংথোলোম্না "নোংখোমতাও" কৌই। মহীদি কুংশিন্বা হৌনবা পথাপ অতুগী মতুং ইন্না ( law of condensation ) কুংশিল্লক্কুনা লৈখোম তারক্কই, লৈখোম অতুবু "লৈখোমতাও" কৌরে। নোংশা য়াইরবনিনা লৈখোম অতু কংশিল্লক্কুনা লৈশা ওয়রবদা—তাওহুনা লৈবা লৈশানি হায়হুনা "লৈশাতাও" কৌই। মতাং অসি ফাওবনা লাইনা, তাইবংপানবা শেম্নবগী দমক "তেংবানবা" ( forces of Nature ) পুথোক্কপনি।

ত্তেংবানবা ( সৌর জগৎ ) অসিদি, মহৌশানা (প্রকৃতি) পুথোরকপনি, পোৎথোকনি, মহৌশা হায়রিবা অচুদি নত্তে। মহৌশাগী শিনথুংবাময়ায় অচুনা—নুমিৎ, থা, থাবী, থাবুং পুম্নমক্কা চঙাগা, ময়ায় অচুনা মখোয় মশেন ত্তেংবাংনচুনা পাংলিবা অচুবু ত্তেংবানবা ( The solar system ) কৌই। মহৌশা হায়রিবা অচুদি, মিৎনা উবা ঙম্বা পোৎ নত্তে। মথক্তা পনজগ্রে—মঙোন্দগী হৌরক্তুনা মৈশা ফাওরকই হায়চুনা মহঔশা কৌই হায়ব'মা। মহাক্না হৌদুনা শারকই হায়চুনা—মা + হৌ + শা = মহৌশা কৌবা অমা। 'মহঔশা' 'মহৌশা' অনিসি খোম্নোক ইনিন মান্নবগুম, লৌথুলসু ( অর্থ ) মানদে। মহঔশা হায়বসিনা, সংস্কৃত লোনগী "পরা-প্রকৃতি নত্রগা বিদ্যামায়া" হায়রিবা অচুনি; মহৌশা হায়রিবা অসিনা সংস্কৃতকী "অপরা প্রকৃতি নত্রগা অবিদ্য মায়া" হায়রিবা অচুনি। মীতৈগীনা ৱাহায় অরাম অয়াং বানান খেম্নহন্দুনা তাকই। হিন্দুগী প্রকৃতিনা, পরা, অপরা নত্রগা বিদ্যা, অবিদ্য হাপচিন্দুনা প্রকৃতি অনিশুই হায়বা তাকই। শাস্ত্রদাসকা, নিংথৌ পূয়ামৈথাবগা অনিনা মীতৈ ময়েক মুৎথৎখিচুনা, বাঙ্গলা ময়েক্না মীতৈরোন ইবদা অরাম অয়াং ৱাহায় ইনিন চুম্না পুবা ঙমদচুনা মীতৈ পুদিনবু ( সাহিত্য ) মশক খিহল্লি। ৱাঙুগী অরাংবা ৱাথুল পুরিবা "লৌথুপরা" ( Technics ) মাঙহন্দুনা মীতৈবু লোলশুদবা ওয়হল্লি।

মহঔশা হায়বসি—লাইনিংথৌ, লৈমরেন, মিরেন, ( ঈশ্বর, প্রকৃতি, আত্মা ) হায়বগা মান্নে। মহঔশাবু লৈমরেন শিদবী কৌই। মহৌশাবুনা লৈমরেন হাইথবী নত্রগা শারোন লৈমরেনবী কৌই। পা, পী ( পুরুষ, প্রকৃতি ) হায়বসিদি- পানা ময়োম্নি, পীনা কুয়োম্নি।

কুয়োম অহুম্ু পীগী ময়ায়না শাগ্দংলকপা .পাংশকনি, পী অহুমক নত্তে। লাইবু (অক্ষর পুরুষ; The Eternal Being) অমদি (উত্তম-পুরুষ; The Supreme Being ) কুয়োম য়াওদনা ময়োন তাক নিঙায় লৈতবগুম—লৈমরেন শিদবী য়াওদনা লাইগী মতিক খঙবা ঙমদে। মহাক্তি নোঙাদোনদা ( তেংবানবগী রাংমদা ) লৈ। হিণ্ডি লৈরিবা পুম্নমক্তি মঙোন্দগী পোকথোরকপনি হায়হ্ন—"পাহিং-ঙাংতরংব।" কৌই। লৈমরেন শিদবীন যোমহুনা লৈ হায়হুনা "তুহিং-ঙাংতরংবা" কৌই। অনিনা তুনাবগা তেংবানবা শাগংপা য়াবা হী অহু চিরকই হায়হুনা "তুহিংচিত্তবংবা" কৌই। চিরকইবা হী অহুদগী, নোংথাংলিক, পোংচাকলিক মকুপ মরিক পুম্নমক তুনা থোরকই হায়হুনা "তুকুপ্লিক্তরিক" কৌই। মহাক্তি লাইনিং-থৌদি, অশেংবনি, তাইবংগী ওয়বা অর-মুঙায়গী রাংমদা হরাও-থোইবগী মশক ওয়হুনা লৈবনা—উইতে তপা কৌই। ( সংস্কৃতনা সচ্চিদানন্দ হাযরিবা অহুনি )। উইতে-তেপাবু য়োম্না লৈরিবা লৈমরেন শিদবীবু—পেন্না তেনা চিংহুনা চুপহুনা লৈ হায়হুনা. চিংতে তেনপ্নু কৌই। (সংস্কৃতকী আহ্লাদিনী হায়রিবা অহুনি )।

মহৌশাদি অশীবগী লোয়নবীনি। অশীবা—শীদোকপনা মচং ওয়বা শীদোক্তুনা শরুক শরুক তারকপদি য়াবা মাহুনা মপুম অহুগা থাডিবা মরী অহুদি তৎনদবা হায়না খণ্ডগনি ( Divisibility—The property in virtue of which a whole ( whether physical, psychical, or mathematical ) may be divided into parts which do not thereby necessarily sever their relation with the whole)। মথক্তা

পনম্ৰবা—চিংতে-তেনপ.নুনা য়োম্না লৈবা, উইতে-.তপাদগী শীদো-রকপা অশীবনি। অহুনা অশীবা অহুবুস্ত, লৈরেন শিদবীগী শারোন্দগী শীধরকপা শারোন লৈমরেনবীনা য়োমহুনা ফাওরকই। মাসিবু শকোক কংলৈরোনদা—শোরারেনগী ফু'হিং মনুংদগী "ফুহিংশী" ফঙি হায়না হায়রি। শোরারেনগী ফুহিং হায়বদি—তুডনববা তুডকম ওয়বা পোং অহুবু 'ফু' কৌই। 'হিং' হায়বনা পোং অহুদা য়াওহুনা পোং অহুবু ওয়হুনা লৈহল্লিবা অহুবুনি। ফু+হিং—ফুহিং হায়হুনা রারোল পুনশিন্দুনা রাহায় ওয়রবদি—তাইবংপানবা শাগৎনবা মচাক মচন অহুমক্কা হী ওয়হুনা লৈরিবহুবু (Ac'ua'i'y) খঙনগনি। 'ফুহিংশী' হায়রগা—ফুহিং অহুনা য়োমহুনা, ফুহিংগা লোয়নরিবা মথক্তা পনঘিবা অশীবা অহুবু ফুহিংশী কৌররে। ঈশিংদা শাংপা থম্বালদা ঈশিং পক্তবগুম, ফুহিংনা য়োম্না লৈহুনমু, ফুহিংদা তিনশিন্-থিদে, ফুহিংদগী তোঙান্না মশা শেংনা লৈ হায়হুনা 'কোনশেং' কৌই। ফুহিংগী মতেং লৌহুনা তাইবংপানবা শন্দোকই হায়হুনা "কোনশেং-সনা" কৌই। 'হীবু' (Essence) 'চী' ( Substance ) ওয়হন্দুনা পোংচাক ওন্দোক্লবগী "থৌরম" ( mate.ial cau.e ) ওয়হুনা পাংধোকপগী "থৌনা" (pote.tiality) অহুবু ফুহিংশী কৌই। ফুহিংনে, ফুহিংশীনে অনিগী অমনা অমগা মচৎ মান্নদবনা তাইবং-পানবা শাগৎনবগী "কারল-লাংলৌ" (cosmological antinomy) অসিনা 'পোংলম' ( formal cause ) ওয়হুনা শাগৎলকই।

লাই-খুল-দিল লামুপকী মরমদা, রাগী মতাওনা থোদোক অহুগী মরা থিরকপদা রাঙ্ুরোনদা শাংনা চৎথরুরে। হৌজিক তেন-শিল্লসি। মথক্তা হায়ঘরে—মকমনা পিকশিল্লকুনা ময়োনতা ভায়হোবা

অদুবু 'খুল' কৌই ; মতমনা কুপশিল্লক্লুনা পুক্লিংতা ডায়হোবা অদুবুসু 'খুল' কৌই হায়দুনা। অদুনা রাফম অসিদা শিজিন্নরিবা খুল অসি, থৌদোক অসিবু তাক্লনবা শিজিন্নবা—মফম, মতমগী তিন্নফমনি হায়না খঙনপনি।(মিনিং কাইণ্ডস ওফ) মথাগী রারোন্নসু ময়েক শেংনা তাক্লী— 'দিল' অসি 'তিন' নি। 'লা' বুনা শন্দোকপা হায়বনি হায়দুনা মথক্তা শাংনা নৈনঘরে। হক্কো, চক, চহি হায়দুনা অসুম কুপশিল্লক্লুনা, মিকুপ, নাহুম, পুক্লিং ফাওবা ময়াম অসিবু—লাদুনা নৈবা কাংলুপনি হায়দুনা—লা+লুপ=লালুপ কৌই। মফম মতম অনি পুন্না অসুম শন্দোকমিংদ্রগা হৌরকফম মখুল অদুদা তিন্নখি। অমুক মখুল অদুদগী মফম মতম পুন্না থোকমিন্নরক্লুনা, তেংবানবা শাগৎলকই। তেংবানবগী মতুংদা চহিনা হনজিন হন্জিন চঙা থোকপা তৌদুনা ভাইবংপানবা শেমগৎলকই। চহিনা, চঙা থোকপা তৌদুনা নৈ হায়বসি ঐথোয়না চহিগী মশক উবা ফংদ্রবসু, চহিগী মশা ওয়রিবা—কুম্বী, কালেন, কুম, থা, নিঙ্থাং, নিন্দুং, নোংমগী অহিং, সুংথিল খেন্নবগী মশক ঐথোয়দা ফাওরিবা অসিনা, চহিনা চঙা থোকপা তৌদুনা নৈ হায়বসি ভশেংনা খঙি। মশক্তি উদবা মপুম ফাবা মতম অমবু—মহাক্কী মবুক মতুংদা চাননবা হি ফঙি হায়দুনা, মতোঙ্গী ফংবা পোৎ অদুনা মহাক্কী মমিং ওয়দুনা—চা+হি—চহি কৌই।

চহি হায়বসি মীওয়বনা শিজিন্নবা শিংচৎপা ( calculated for practical use ) মপুম ফাবা মতমগী মমিংনি। শিংচৎপা মতমদি সুমিৎতগী থোকই। সুমিৎকী মঙ্গায়না মালেমবু চিংবদা, মালেমনা ময়ায়-পাক্কল কাঙনা রোন্না রোন্না, সুমিৎকী অকোয়বদা লঐদুনা (কোয়দুনা) নৈ। মালেমনা অমুক রোনবদা, মালেম নৈমায় থক্তা

লৈবা ঐখোয়না হুমিৎ অমুক উই। হুমিৎপু ৩৬৫ রক উবদা, হুমিৎকী অকোয়বদা মালেমনা কোয়বত্ত থুডি। হুমিৎকী অকোয়বদ', মালেমনা অমুক থুওবা অসিগী মহুন্দা— ১। ওসাং-থা ২। নোংজু থা ৩। লোপান থা ৪। নিংথম-থা ৫। উনবান-থা ৬। য়েগ্নিং-থা থারুক ৬ অসি উৎথোরকই। থারুকপু কুম থ' শায়নস্থ খঙনৈ। কুম ৬ অসিনা, হিংবদা চঙবা পোৎ পুন্নমক পি অত্তনা মীওয়বনা কুম খঙননবগী দমক—হুমিৎ অমুক উবদ', চৈ থেক্কুনা হুমিৎ ১ হায়দুনা থাই। থাগ্নিবা চৈ অত্ত হুমিৎ ১ কোই; হুমিৎকী মহুৎ শিল্লিবনি (Symbol)। চৈ থেক্কুনা হুমিৎ মশিং থাবসিবু শিংথেক শীংথাবা কোই। হৌজিক্ক মীওয়বনা চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না, চৈ থেক্কুনা হুমিৎ মশিং থাবগী মথৌ লৈত্রে অত্তবু শিংথেক শীংথাবা অসিনা —জীব, জগৎ, ঈশ্বরগী— লৈনরিবা মরী অত্ত মীওযবদা ফাওহনখি। মহোয়দা ফাওব।- লাইগী মতিক, মঙল, ময়ায় অত্ত থাজুনা, শক্কুনা, শোন্দুনা লাইথৌ অমা ওয়নদি ঈরাৎনরক্লী নিংশিংবা থোকত্রবা মতমদগী, পাথাং-পুথাংকোক্কী ওযনা ( Traditionery ) চৎনরকপনা ঙসি ফাওবদা থাদোকপা ঙমদ্রি। শিংথেক-শীংথাবা', শরোই-থাঙবা লাই-খুলদিল লালুপ হায়রিবা লাইথৌশিং অসিদা অরাবা রাথুল ( Deep thought ) লৈবনা, মচা মশু ওয়বা ঐখোয়না লীখুল খিরকইবা অসিনি।

লেঙি-পাল্লি (জগৎ) পুন্নমক অসি—মতমনা পোরকই, মতমনা চাওখৎহল্লি, মতমনা ময়েং তাহল্লি, মতমনা হিংহল্লি, মতমনা পুন্সিনি, মতমনা পুখি, মকমদা চঙঘি। মাসিদগী খঙবা ঙম্মে—মতম হায়বসি লাইগী ময়ায়নি, লাইনি হায়বা। শিংচৎপা-মতম (Mathematical time)

অসিদি হুমিৎতগী থোকপনিনা, হুমিৎতি মিৎনা উবা লাইনি। হুমিৎতগী চহি পোকই, চহিনা কুম পোকই, কুমনা চিঙ্গাক পি, চিঙ্গাকুগী তাইবং-পানবা (জীব) পোকই। অতুনা মীতৈনা "পোকলেন পোকপা শাৎলেন শাৎপা" হায়রিবসি হুমিৎপুনি। কুমদি, থানা কুমচৎ থায়দোকই, মরম অসিদগী থাবু "পোকলেন পোকপা" কৌই। কুমনা চিঙ্গাক পিহুনা তাইবংপানবা পোকপনিনা, কুমবু—"অপোকপা" কৌই। হিন্দুগী শ্রুতিদমু "ষড়্ ঋতবঃ পিতরঃ" ঋতু তরুক্পা অপোক-পনি হায়রি হায়। কুমবু অপোকপা; কুম খায়দোকপা থাবু পোকলেন পোকপা; কুম-থা-চহি পোকপা হুমিৎপু পোকলেন পোকপা শাৎলেন শাৎপা কৌবসি; চপ হেক চাবা মিংগৌনি। থাগী খোঙচৎতা শাবা চহিদি; শজিবু নোংমা পানবদগী লমদাগী থাশি কাওবদা হুমিৎ ৩৫৪ দনি। অতুনা হুমিৎকী চহি মপুম হুমিৎ ৩৬৫ নি য়োগদোবা, ৩৬৫ — ৩৫৪ = ১১ হুমিৎ ১১ নি অসি রাৎলি। হুমিৎ, থা খোঙচৎ চানহন্দ্রবদি থা ২ না থারুক অমা (ঋতু অমা) শাহুনা, কুম পাবা য়ারোইদবনা—হুমিৎ, থা খোঙচৎ তিন্নবা থৌরান্‌মিচাক্‌তগী হুমিৎ থাগী খোঙচৎ শেমহুনা—চহি ৩/৩ দা থা ১/১ মম চোংথোক্নুনা থানন্‌নৈ। চহি ৩ গী মবুক মহুংদা থানন্‌-নবনা ৩ শুবা চহি অহুদগী হোৎহুনা অমুক মথংগী ৩শুবা চহিদা চহি ৫ নি। অমুম্না চহি ৫/৫ দা অনিরক থানন্‌নহুনা হুমিৎ থাগী খোঙচৎ চানহল্লি।

তাইবংপানবগী "থৌরায়-মি" চোংথোকহল্লিবা কুমবু, থৌরান্‌-মিচাক্‌না কায়হন্দে, থৌরায়-মিগী মচাকনি হায়রহুনা—"থৌরায়-মিচাক" হায়বদগী থৌরান্‌মিচাক হায়ঘিবনি হায়রনৈ অহলশিংনা।

হিন্দুগী জ্যোতিঃ শাস্ত্রনা "গ্রহ" হায়রিবত্থু মীতৈনা অচম্ব, লোলদা থৌরানমিচাক কৌই। মাথু হিন্দুগী জ্যোতিষকী লোলগম্মু থানথুনা য়েংসি —

"সূর্য্যশ্চন্দ্রো মঙ্গলশ্চ বুধশ্চাপি বৃহস্পতিঃ।
শুক্রঃ শনৈশ্চরো রাহুঃ কেতুশ্চাপি নবগ্রহাঃ।"

হুমিৎ থানাচিংবা পুম্নমক অসিবু গ্রহ মাপল কৌই হায়রি। মীতৈনা থৌরানমিচাক্ কৌই। অথুবু "শঙ্কোংলোন" দা হায়রগনা—থাবু থৌরানমিচাক্কী মপু; হুমিৎপু থাবী-থাবুংগী মপু; গ্রহ উপগ্রহবু থাবী-থাবুং হায়না খঙনৈ। পুম্নমক অসি থৌরানমিচাক হায়বত্থগী অমমমৃনি।

হুমিৎ, থা, থৌরানমিচাকতগী "হী" হীদগী "চী" চীদগী "য়োন" (শয়োন; ধাতু) থোরক্তুনা, তাইবংপানবসি ওয়বা য়াবা মচাক মচন অথুনা তাইবংপানবসি শাগৎলকই হায়থুনা, কোরৌথক্কী অপআন্বা (Luminary; অরংবা) পুম্নমক অসিবু থৌরানমিচাক কৌরিবসি, হিন্দুগী জ্যোতিঃ শাস্ত্রগা থানথুনা য়েংসি—

গ্রহাণাং রসাধিপতিত্ব বিবেকঃ।
কটুলবণতিক্তমিশ্রা মধুরাম্লৌচ কষায়োঽর্কতঃ।

---

গ্রহাণাং ধাতুবিবেকঃ।
পিত্তৌ প্রভাকরক্ষ্মাজৌ শ্লেষ্মানৌ চন্দ্রভার্গবৌ।
গুরুজ্ঞ সমধাতোচ পবনে রাহুমন্দগৌ।।

অহানবগী অসিনা রবিনা চিংবা গ্রহ তরেৎনা মথংশিংনা অখা অয়াক্ল-চিংবা রসশিংগী মপুনি হায়রি। অনিশুবগী অসিনা গ্রহশিংগী মা-মাগী

ধাতুশিং অহু তাকই অংনদি মীতৈন গ্রহবু—থৌরানমিচাক কৌ-রম্মীবসি, মশক খঙ্না পোলম্বনি হাযবত্ তশেংনা খঙে।

মীতৈনা কোংথৌকী অপঅানবা ( মঙাননাযবা ) শিং অসিদগী মশক মমিং নাযনা থৌরানমিচাক—শক্তিক, থাবা, খোংজোংনুবী নচিং-বা ২৭ খক্তী মমিং ফডি। ২৭ অসিদি মংমগী শয়োম হায়বদি অপিক-পা থৌরানমিচাকশিং ( Satellites ) কয়া লোয়নহুনা, ময়াম অহুগা পুন্না মশক মরোং অমা নায়ববা থৌরানমিচাকনি। ২৭ অসিদি অমমন্না শরুক ৪/৪ থোক্অগা, মথংশিংনা শরুক ৯/৯ না মকোয় অমা (বৃত্ত) ওযহুনা, মকোয অহুবু মীতৈগী শংক্নোংলোন্না লোয়শঙ অমা কৌই ( ভারতকী জ্যোতিঃ শস্ত্রন রাশি হায়রিবা অহুনি )। থৌরানমিচাক ২৭ অহু অমমন্না শরুক ৪/৪ থোক্অবদি—২৭×৪= ১০৮ নি। শরুক ৯/৯ না লোয়শঙ অমমম্ ওয়রবদি—১০৮÷৯ =১২ নি। লোয়শঙ ১২ অসিগী লোয়শঙ খুদিংমা নুমিংনা, থা ১/১ লৈহুনা, লোয়শঙ ১২ অহুদা নুমিং ৩৬৫ ¼ চডি। নুমিংকীদি নুমিং খুদিংমক্তা খনব' লৈতবনা, মহৈমরোং লোউ শিঙ্বগী কুম, থা পারকপদা, নুমিংতা যেংহুনা কুম পাবা ঙমদে। থাদি—নোংম-নোংমগী নিনথৎ-লকুনা থাবুং ফাই; নোম-নোংমগী শিথরক্নুনা থাশি ওয়। থাবুং, থাশি-পুল্লগা থানা ওয়রিবা মশক অহুবু থা অমা কৌই। নোংমা পানবদগী মথং মথং থাবুং ফাওবা থারিবা মশিং অসি থাবু থারিবনি। অহুগুম্না নোংমা কোনবদগী মথং মথং থাশি ফাওবা থারিবসিমু, থাবু থারিবনি থানি। অহুনা মাবু থাই হায়হুনা মমিং থা কৌই।

থৌরানমিচাক ২৭ কী মথোয় খুদিংগী শরুক ৪/৪ থোক্নুনা, শরুক ৯/৯ না লোয়শঙ্ অমা ওয়হুনা, লোয়শঙ ১ হায়না থাই। লোয়শঙ্

অমদ। সুমিৎনা নৈরম্বা অহিং মশিং গুবা কাওবা থাই হায়ত্তুনা লোয়শঙ ১২ গী থোঙচৎপুম্ব থ .কৌই মা ধাতুগী—মাস মান, মাপ লাকঙম; Moon, Month, Measure। থা যেংতুনা শাবা থাচৎনা, থাবান, থাশি কৌই। থবানমিচাক্কী লোয়শঙগী থাচৎনা—চনবা, গুবা কৌই। ভাংনা-শানবদা—পানবা, চনবা ইমান মান্নন শিজিন্নৈ; শিবা, গুবা অনিসিম্ব মান্নবগুম শিজিন্নৈ। ঐখোয়না তোঙান তোঙানবা রাহায় ২/২ অসিগী খেন্নবা খঙন শিজিন্নহৌরদি—ঐখোয়গী ঈহৈ-ঈরল অম্ব ঈশানা মাহৎনহৌরবনি। ইংচম চম্ব রাগায়শিং অসিদা ব্লাঙবা 'শঙ্কোংলোন' ( Astronomy ; খগোলবিজ্ঞান ) ফংলতুনা লৈ মাম্ব মথক্তা নৈনবক্লবা অসিদগী খংলিবে সুমিৎনা পুবকপা কুমদু, থানা কুম থায দাকপদা খোঙচৎ চানদতুনা, থৌবানমিচাক্কী থাচৎনা অরাৎপা মেনখৎতুনা কুম চানহল্লি। মতুনা মীওয়বগী কৌ-উ-লোপাম্দা থুদোং চাহল্লি। মীতৈগী থৌরানমিচাক ২৭ কী অমম্ব লোয়শঙ ১২গী মশক মমিং নায়না (নক্ষত্র ২৭, রাশি ১২) লৈরম্মীবা অসিনা, শঙ্কোংলোন গুরম্মী হায়বা তাকই। শঙ্কোংলোন গুবা মীবু "শঙ্কোংহাংবা" ( Astronomer ) কৌই।

চহি অমগী থা ১২ গী অবোয়বা লমদা-থাদা, চযোনগী অরোয়বা থাংজা সুমিংতগী হৌতুনা লমদা পা অতুমগী-থাংজা থুদিংদা; কুমগী অত্তেক-অনৌ অমম্ব মহৈ-মবোং চঙথোকপা, চেং হরাই মাওনা লুকমাই চোন্না অথেন্ পোৎ শেমতুনা, মৈরাগা লোয়ননা লাইনিংথৌ সনামহিদা কৎলি লাইনিংথৌ সনামহিবু মতম কোবা লাইগী মপুনি হায়না থুকম্মী। থাগী অরোয়বা লমদা চয়োনগী অরোয়বা থংজা, সুমিৎকী অগুবা লমদাগী থাগু, 'লমদা থাংজা থাগু' হায়রিবশিং

অসি, চহি কোবা মপুম কাবা মতম অতুগী মবুক মনুংদা লৈবা অক হবা ভমথৈ নায়বা মতমশিংগী (specific and finite periods of time) অমমম্নি। 'লমদা' হায়বসি—শক্তিবুদগী ১২শুবা চহি ফারবা থানিনা, লমদা-থানা চহিবু 'নিংঝিংই' 'লমদা-থাংজা' হায়রগা, লমদা-থা অতুদা লৈবা চয়োনগী অরোয়বা থাংজা থুদিংমকপু নিংঝিংতুনা, চহিগী অরোয়বা লমদা-থা মপুম অতুবু ভাকই। 'থাশুনা' নুমিৎনা লোয়শঙ ১দা লৈরবা নুমিৎ মশিং শুরে হায়বতু ভাকই। অতুনা—'লমদা, থাংজা, থাশু, অহুম অসিনা—চহিগী মবুক মনুংদা লৈবা—কুম্বী, কালেন, থারুক, থা, নিম্বাং, নিন্দুং, চয়োন, নোংমা, অহিং, নুংথিল, য়ুথক, পুং, নিংসা, মিচুন, মিকুপ, নাহুম, পুক্কিং হায়রিবা মতম পুন্নমক অসিনা পুলপ তিনশিন্দুনা চহি কোবা মতম অতু চপ চানা মপুম কাবা অতুবুথভনৈ।

লমদাগী থাংজা থুদিংদা লাইনিংথৌ সনামহিদা—অথেন-পোৎকা লোয়ননা মৈরা কৎলগা, লমদাগী থাশু নুমিৎতা 'লাই থুলদিল লালুপ' কী ঈরাৎ তৌই। ঈরাৎ অসি চহি অমবু লাকশিন্দুনা, চহি অমা শক্তা তৌবা ঈরাৎনি। নোংম-নোংমগী চৈ থেক্তুনা শিংথেক শিংথাথিবা চৈশিংতু—নুমিৎ ১ হায়না থাঘিবনি, নুমিৎকী মচুৎ শিনবনি, নুমিৎনি। চৈতু ৩৬৫ শুরবদি, নুমিৎ ৩৬৫ শুরে হায়না খঙনরে। নুমিৎ ৩৬৫ শুরবনিনা মপুম কারে মমিং চহি কোবা য়ারে। মিনিট ৫৯ গা সেকেণ্ড ৫৯ না পুং ১ ওয়বা অক্ত শাত্রনা য়াদবগুম ; চহি ১ গী শাঙাবা মতম অতুদগী পুক্কিং ১ গী মতমদং রাৎপদা চহি কাত্রি চহি কোবা য়াদে। চহি কাত্রিভৈদা, চহিগী ঈরাৎ তৌরুরবদি লংজবনি। লংজব ঈরাৎ অতুনা, অকবা পোরকপগী মচুৎতা তেকচাক ফংগনি। চৈ ( শিং লাঙ্গোল ) থেক্তুনা মশিং থারগা, চৈ মশিং শুরগা ঈরাৎ

তৌবনিনা—চৈ অহুগা ঈরাৎ অহুগা থাদোক্লবা য়াদবা, য়ামা নক্লবা মরী অমা লৈরে হায়বা থডে। চৈ অহুদি হুমিংকী মহুৎ শিনবনি হায়হুনা মথক্তা পনগ্রে। অহুনা হৌজিক ঈরাৎ থঙ্সি। ঈ+রাৎ—ঈরাৎনি। রারোল থাইদোকপগী অহানবা 'ঈ' অসি অঙাংবা (রক্তিমা), মৈশা (Heat) হায়বনি। অমুবা মৈতাল অহু "মৈরৌ" য়ৌনা শাহল্লবদি, ঈমচুগুম্না ঙাংই। ঙাঙিবহু মৈশানি, মৈশাদি মৈনি। মৈরৌ হায়বা রাহায় অসি—মৈদা য়িকইবা পোৎ অহুনা মৈবু মশাদা লৌশিল্লি হায়হুনা মৈরৌ কৌই। পোৎ অহুনা মৈবু মশাদা লৌশিল্লগা ঈগুম্না ঙাংই; ঙাঙিবহু মৈনি; অহুনা ঈরাৎকী অহানবা 'ঈ' অসি মৈনি। মীতৈরোন ব্যাকরণগী মতুং ঈন্না—"ল" গী মমাংদা স্বর ময়েক লৈরবদি, "ল" না "র" ওল্লি। অহুনা 'ল' গী মমাংদা 'ঈ' লৈবদগী লাৎনা 'রাৎ' ওনখি।

মথক্তা হায়রিবা অসিদগী 'ঈরাৎ' হায়বসি মৈ লাৎপা (হোম) হায়বনি হায়বহু থডে। চহিবু শাগৎলিবা, চহিদগী হৌরহুনা পুক্লিং কাওবগী মমিং নায়রিবা মতমশিং (specific periods) অহুবু—শঙ্গোক্তুনা (লাহুনা) লৈ হায়বগী দমক লাই কৌই। মমিং অমমম্ নায়রিবা মতম পুন্নমক অহুনা, চহি কৌবা মপুম অহুদা, চংথিহুনা পুলপ, লুপশিনখি। কুম্বী, কালেন অনিদি, ঐখোয়দা কাওই—কালেনগী নোংজু, নোংশা, মাহুনা মীওয়বদা পিবা অরা-হুডায়; কুম্বীগী অইং-অশা, অশিং অরাম্বা মাহুনা মীওয়বদা কাওবা অরা-হুডায়, কুম্বীগা কালেনগা খেন্নবা অসিনা অমনা, অমবু মশক তাক্তুনা, মীওয়বনা মমিং কুম্বী. কালেন থোল্লিবনি। চহিগী মশা থা ১২ দা, লাইনা কুবীহুনা কুম্মকপা চিঙাক, মহৈ মরোং থা ২/ গী থারুক্ত

তোঙাল তোঙালব. চিঙ্গাক ধুবীবা কুম্মকই হায়তুনা কুম কৌই। কুম অমগা, অমগা মচু-মমেন মশক খেন্নবদগী কুমবু মীওয়বনা খঙি। খাগীস্থ খাবুং খাশি মশক অমা নাযবদগী খঙি। ওরাংগী তুমিংকা ওসিগী তুমিংকা খেন্নত্রবস্থ; ওরাংগী খাগ' ওসিগী খাগা খেন্নবদগী মীওয়বনা নোংমগী মশক মমিং থোক্লি। চহিগীদি, চহি অমগ, চহি অমগা খেন্নবা লৈতবন', মতোম্দগী ( চহিদগী ) ফংব চিঙ্গাক্তা হল্লিন্দুনা, চিঙ্গাক্তি চাননবা হিনি হায়তুন চহি কৌই। চিঙ্গাক্তি মালেম তম্প কুগী হায়বদি মফমদগী খঙি। অদুনা চহি হায়বসি মফমগী মমিংনি। থৌরোংনস্থ তাকই—মালেম লৈপাক লৈমনা, তুংসেকী অবোয়বদা ওন্নাওন্না অমুক কায়বা থুংবদা চহি শুবনিনা চহি হায়বসি মফমনি হায়বা মশানা তাকচরে।

মফমবু 'খুদ' কৌই, খুদ হাযবসি মফমতুনি হায়তুনা মথক্কা শাংনা হনজিন হনজিন লৈনখিবা পাখিরিবশিংনা কাওবিরম্মোয়। লাইগী ময়ায় মতমবু, লাইগী মঙল মফমদা, লাইগী পুক্লিং মতিকনা থওইতুনা—মফম মতমগী লাংলোন (N. work), তবানবসি ওয়রকই; তেংবানবদগী তাইবংপানবা ওয়রকই। লাইগী ময়ায়, মঙল, মতিক হায়বসি দ ইনি। চহি ১ মপুম হেক ফাবগী পুক্লিং কৌবা মতমনা; চহিগী হনজিনতম মথুলদা ( মফমদা ) চংঘিতুনা হেক তিনশিনখি ( point event )। মাস্তবু লাই-খুনদিল কৌই। চহ কৌবা মকোয় অতুদা, মতমগী মশা, অশাং অতেন তোঙাল তোঙালবা অবক্কবা মতমশিংনা লাতুনা লৈরম্ভ চহি কৌব। মফমদা লুপশিন্দুনা মমিং পুম্নমক চহিদা তিনশিনখি। মাস্তবু 'লাই-খুনদিল লালুপ' কৌই। 'লাই-খুদল-লালুপ' হায়বসিগী মরোং মতৌদি—মফমগী মরাক, ময়ুং, মরেপ লৈখিদরে, ময়োনতা তাইহোরে।

মতমগীনা অশাং অতেন অক্ষ্রবা মতম পুন্নমক মকমদা লুপশিনখিহুনা, মকমদা তমশিনখি হ,য়ন, পু রুংদা ফাওহোবা অহুদা ভায়হোরে। ময়োন অহুস্থ মকমনি, তমশিনখিবা অহুস্থ মতমনি, অহুনাদ "কম তম" কৌরসি। An event with all its dimensions ideally restricted. অহুনা লাই খুল-দিল লালুপ হায়বসি—চহিনা কনশিল্লিবা মকমনে, মমমহু য়োৌবদা চ'ব' মতমনে—মকমস্থ য়োৌবা, মতমস্থ শুবা অহুগী ঈরাৎ'নিনা চ'হ অমগী শুপ্পা তৌবা ঈরাৎনি হায়বহু ময়েক শেংঙে

ঈরাৎ হায়বসি মৈ লাৎপনি হায়বহু খঙগদোরিবা পোৎভুগী মহুৎ শিন্দু...। লৈরিবা বাংলায় 'ঈরাৎ' অ'স রারোন থুগাইহুন' থিবদা, রারেংম্মোক্তী মতু' ইন' "মৈ লাৎপা" হায়বহু থোকয়ে। মৈ লাৎপা হায়না রা-কাঙলোন্না (Semasiology) লেপ্পন। - লোজিক, সাইকোলোজী, সোসিওলোজী, হিষ্টৌবা ... খুদিংমগী য়ায়। মাহুদি--চহি মপুম ফাবদা করিগী মৈ লাৎলি(?)নে! ৷থরকপদ।—ন্যায়, মনোবিজ্ঞান, সমাজবিজ্ঞান, ইতিহাস মাবসি চ'ঙ। থোইদোক্না সাহিত্যগী ইতিহাস চহি "ফুঙ্গা-ঈরাৎপা" হায়বসি -মৈলাৎপবু হায়বনি। ফুঙ-কারক্ইব, অদ্গী মচু থনমু মৈশা অহুবু "ঈ" কৌই। মখোল অহুবুনা "মৈই" হায়বদগী "মৈ" কৌখি। মৈ হায়রিবসি শব্দ ব্রহ্মনি। মৈবু ওং ওং চাকই, ব্রং-ব্রং হৌই হায়নস্থ শিজিনৈ। মাসিদি চাক্ইবা পোৎ অহুদগী থোরকপা মখোল যাওরবনি, মৈতগী ঈনিনখোল নত্রে। মৈ স্থামংতগী থাকই হায়বা ঐখোয়না—লাইরিক-লাইশুদগী (শাস্ত্র-জ্ঞান), ঈশাদা ফাওবদগী (অনুভূতি) খঙি। মৈদি, ময়াম পাজল পুন্নংক্তী হৌজ্মন্না, থৌবুনি (Agent)। চহি মপুম কাবদা,

চহিগী অপুম্বা মশক অদু লাকশিন্দুনা ঈরাৎ তৌই   চহিদি হুমিৎতগী থোকই—মশক নায়বা মতম ওয়না হায়রগা "নোংমা" অউবা মশক্তা হায়রগা "হুমিৎ" অমা হায়না থারকপা হুমিৎ মশিঙছু ৩৬৫ শুরগা তৌবা ঈরাৎনিনা, হুমিৎপু তৌবা ঈরাৎনি। চহিগী মপুম ফাবা মশক্তু, ঐখোয়না মপুম ওয়ন' উবা ফংদে; মতমগী লেপ্তনা চেল্লিবা ঈচেনহুম্ব ঐখোয়না উবা ফংদে। হুমিৎপু ঈরাৎলদি—চহিনা চেল্লিবা মফমস্তু, চহিগী মশা মতমস্তু অনিমক শুপ্লে, হুমিৎতগী থোকপা মৈ, লাৎলবদি হুমিৎপু হাকথেংনন লাচ্চবা হায়বদু থোকই।

চহি মপুম ফাবদা ঈরাৎতুনা, হুমিৎপু হাকথেংনন লাৎপদা—নোং-ম-নোংমগী হুমিৎ অমা, হুমিৎ অমা হায়দুনা থাখিদ, হুমিৎকী মহুৎ-শিনখিবা চৈ পুম্নমক্ অদু. ঈরাৎ অদুদা, চৈ অমামম্গী লাইরা অমা-মম্ কোম্নন মৈদা থাদোক্তুনা—মশাবু, মশাদা তিনশিনখি। মৈ অদুবুনা, "মৈত্রেং অরাবনা য়ায়মা-য়ায় তাওদল্‌বগী মহুৎশিন্ন-মৈ" হায়। লাইরাগা কোন্নন মৈ অদুদা তিনশিনখিবা চৈ (শিংথেক শীং-থাবগী চৈ) অদুস্তু, হুমিৎকী মহুৎশিনবনি; মৈ অদুস্তু হুমিৎকী মহুৎ-শিনবনি; পুম্নমক হুমিৎতা তিন্‌শিন্‌খ্রিবা অসিনা—লেঙি-পালি পুম্নমক অসি হুমিৎতগী থোরকপনি হায়বদু খঙদুনা—থোরককমদা অমুক হনজিনগনি হায়বদু নিংশিংবনি। ঈরাৎ অদুদা "চেং-লৈ" কৎ-লিবা অদু—চেং অদুনা থৌদঐনি (কর্ম্ম-ফল), লৈ অদুনা—মাম্নবনা, মাম্নবগী মহুৎশিল্লি হায়দুনা, পুক্লিংগী অথোৎপা অনৌববু, লৈগী-অথোৎ-পনা মহুৎশিন্দুনা পুক্লিং লৈরাংবনি (ভক্তি) ঈরাৎ-থৌ অদু মপুংফানা পাংথোকপা হেক লোয়বদা—ঈরাৎ থৌদু পাংথোকচরিবা কাওবু অদুনা রায়ফরোন লাওই। থৌরোংশিং অসিনা উৎলিবদি—মীওয়বনা

থৌনাদি পাংথোকনি (কর্ম্ম যোগ) ; অহুগা থৌহঐদি কৎথোকনি (কর্ম্ম-ফল ত্যাগ)। পুক্নিং লৈরাংবা ওম্বা অহুত্তদা মিতাবা (আসক্তি) লৈত্রে হায়বা থওনৈ ; মিতাত্রবদি পুক্নিং লৈতারে ; পুক্নিং লৈতা-রবতদা পেল্লি ; পেল্লবদি—য়ায়ফরে হায়হুনা হরাওই (আনন্দ)। কর্ম্ম-ফল ত্যাগ হায়বসিদা "জ্ঞান" য়াওরে, "প্রেমনা" ভক্তিগী মহুংদা লৈরে ; "শান্তি" না আনন্দগী মহুংদা লৈরে।

মৈ-লাংপবু, মীতৈনা 'ঈরাৎপা' কৌই। মাহু হৌজিক হৌজিক্কী ওাংনরিবা লোলদগীসু থওবা ওম্মী। মাহুদি ফুঙ্গা মৈ হৌগৎলগা মৈদা চেং-লৈ কৎপবু—'ফুঙ্গা-ঈরাৎপা' কৌই। ফুঙ্গা ঈরাৎপা অসি—হৌজিক্কী মীওয়বা পুম্নমক্কী তোপ-তোপ্পা-মীতৈতগী ওয়বা লাইচৎপা-থাপ (ধর্ম্ম আচার) অমনি। অহল পানবা ময়ুম ফুঙ্গা লিংবা, সনামহি-কা, লৈমরেন-কা নায়বা য়ুম্থুম খুদিংদা ওসি ফাওবা কায়দনা ওাকইবা ঈরাৎনি (A religious ceremony)। ঈরাৎ অসি ঈপাদা ইপুনা মথং মথং আ অহুঙৈ মৈহৌঙৈগী পুকোক্কী ওসিকাওবদা কায়দনা ওাকৃলকৃলিবা ঈরাৎনি। ঈরাৎ অসি চৎনরকপা কয়া কুইরবগে থিরক-পদা—"পোইরৈতোন্না খুলধোক-মৈ, পোইনাওতানা খুল্লিং-মৈ চকপা-কাগুপ-মৈ, মৈত্রেং অরাবনা য়োয়মা-য়ায় তাওদলবগী মহুৎশিন্না-মৈ" হায়হুনা রারীশিংবুলগী (ইতিহাসকী) লংজিন অমদি ফঙি। অহুবু চৈথারোন্না য়ৌবা ওম্বা মতমদি থোকত্রে। চৈথারোন্না য়ৌবা ওমত্রবসু—পোইরৈতোন্না খুলধোকঙৈদা মৈ পোরকয়ে ; পোইনাওতানা খুল্লিংঙৈদা মৈ য়োকয়ে, মৈ হৌরে হায়বহুদি—পোইরৈতোন্না খুল-ধোক-মৈ পোইনাওতানা খুল্লিংমৈ হায়রিবা অসিদগী থওবা ওম্মে। হৌজিক পোইরৈতোন, পোইনাওতা করম্বা মতমগী মীনো অমুক

থিসি। পোইরৈত্তোন, পোইনাপ্না হায়রিবসি—মতম অহূণী মী কাংলুপ কাংলুপ অমাগম্বী মমিংনি মমি শিং শসিন বরিবু ভাকপগে হায়বহৃ খণ্ডসি।

মীতৈগী খুনাগদা, মীতৈ লমপোইবা (লমবোইবা) হায়বা কাংলুপ অমা উবা ফভি মখোয় অহূণী মথৌদি—কায়না চংতুনা চেং নিই। লমবোইবা লমবোইবীশিংতুন—নিপা, নুপী পূরা যু লিবাগী থাদোকলে, লনথুম পামদ্রে লাইনিং লম্বীদা চ শিনজরে হাপ্ব যায়—মাহূ মখোয়তনা খভি। ঐখোযনা উবদি কোযনা চংতুনা চেং নিবনি অহুনা 'পোই' হায়বসি চংপা হায়বনি। 'বৈ' ফসিদ 'লৈ' দগী থরকপনি হাযবা মথক্তা নৈনঘিনা ইত্তিক্রবান ব্যাকরণ ' ' মগা দ স্বর মযেক লৈরবদি 'ল' না 'র' ওল্লি হায়বা শাওবিরম্মোয। অহুনদি পোই+লৈ =পোইরৈ—চংতুনা লৈবা হাযনা নিরোক্ত (নিরুক্ত) লেপ্লে। পোইরৈত্তোন্না খুলধোক হাযবসিনা—মক্কম অমদা লৈবম্বা মী কাংলুপ অমনা মখোয়না হান্না লৈরম্বা মক্কমহূ—মহৌশাগী শাফু থাওবা ভমদবদগীরা, য়েরুবন লাঙ্গোই চনবদগীরা, চ নবা বাৎপদগীরা করিগুম্বা মরম অমদগী, মক্কম অদদা হিংবা য়াবত্তহুনা মখুলদ থাদোক্তুনা থোরকপনি। মাহূবু খুল-ধোকপা কৌনি মহৌশাগী অকনবা শাফু—চীংপোকখায়হুনা মৈহৌব, যুহ-হাব অকনব, নোং-মুংশিং অকনবদা মৈ হৌরক্তুনা—ইনাদা লাংনাদা রাইহূনা মৈ চাকহ মৈ অহুনা মথং মথং শমহুনা মুমিং কয়ানি অহিং-মুংথিল মুংভনা চাক্কুনা লৈব য়াওই। মাহূদগী মখোয়না অমম্বা অহিংদা মৈঙালনা কান্নবহূ খণ্ডকই। খণ্ডম-উরমদবা মৈ অহূ উবদা মখোয়না, মৈ পোকয়ে হায়হুনা মৈ পোক কৌই। লাংনাদা রাইহূনা হৌই হায়হুনা লাংহৌ, মৈপোক+লাংহৌ অনি পুনশিন্দুনা

মৈপোক লাংহৌ কৌই। মৈ অহুবু য়োক্লুনা থম্মী য়োক্লুনা থম্মীবা মৈছু, মৈশা য়াওদ্রগা মৈশিবা কৌই। মৈবু—"পোকপা, য়োকপা, শিবা" হায়না চৎনৈ। হৌজিক্তি, মৈপোক্‌পনা শাববু খঙনরে; 'য়োকপা শিবা' অনিদি হৌজিকস্থু অহুম চৎনরি।

মতম অহুগী মীশিং অহুনা পুলপ পুলপ ওয়না মখোয়না লৈরিবা লোকনুং উনুং অশোঙবা মোংশোঙ অহুদগী তুরেল মরিন ইম্না লৈশেম খুলশেমফম থিরকই। মখোয়না থোরকপদা মৈ লায়নরকই; মৈবু মখোয়না থক থাদোক্তে; মৈনা মখোয়গী থৌরাম্নি; অখোয়বা খুৎলায়-নি। মৈনা খুৎলায় ওয়হুনা, অঙাওবা লমশাশিংদগী মথৌরায় কনজবা ঙম্মী। মৈগী-মপান্না অশোঙবা মোংশোঙ কোকখোকপা ঙম্মী। অসিগী মথক্তা চাবা য়ারমদবা পোৎ কয়ানা হাওরবা চিঞাক ওয়হুনা হিংবগী লালদা মায় পাকখি। মখোয়না নিংথম্মবা অহিংদা, মৈয়ায়হুনা, অয়ুক-মুংথিলদা মুংশা য়ায়বগী মুঙায়বহু ফঙি; মম্মবা অহিংদা মৈ থান্দুনা, অয়ুক-মুংথিলদা মুংশাগী মঙালদা মুঙায়বহু ফঙি হায়হুনা মৈবু—'মৈ-ত্রেং অরাবনা য়োয়মা-স্নায় তাওদলবগী মহুৎশিন্ন মৈ' হায়হুনা, মুমিৎকী মহুৎ শিনবনি, মুমিৎনি হায়না থাজে। শিরবা মী, শা, উচেক্কী মশা পায়বদা ঈঙি; শিদ্রিবা মী, শা, উচেক্কী মশা পায়বদা শাই। মাসিদগী মখোয়না—হকচাংগী থৌরায় ওয়ম্বিবা মৈশাসি মৈনা পিবনি, মৈদি মুমিৎতগী থোকই হায়বা খঙঘি। (আধ্যাত্মিক, আধিভৌতিক, আধিদৈ-বিক অহুমগী লৈনরিবা মরীচু খঙঘি)। মখোয়না, মৈ থাদোক্তুনা নারক মোংশোঙ কোকখোকয়ে। অহাঙবা লদ্মাং লমজাও ঈশিং মরাংকায়না ফংবা তুরেল মপান্দা লৈহুনা মুমিৎ, থা মপুং ফানা উবা ফংঙবা অহুদা—লৌশিংগী অনৌবা মঙাল ফাওরকলে। মখোয়গী-হান্নগী

মখুল লোকন্নুং-উন্নুং অশোঙবা ন্থুমিৎ, থা মপুং ফানা উদবা, ঈশিং মরাং কায়দবা, মিৎয়েং থুবা মফম অদুদা অমুক হন্জিন্নিংত্রে, হনজিন্দ্রে। অকোনবগী, হান্নগী মখুলদা হনজিন্দ্রবা, চৎতুনা লৈবম্ব তোক্অবা খুলদানবা থোরাং তোরকইবা কাংবু অসিবু—অকোনববু, অত্তোন্বা কৌনবা মীতৈরোনগী মতুংইন্না পোইরৈতোন কৌই। পোইরৈতোন্না মখুল থাদোক্তুনা থোরকই হায়দুনা পোইরৈতোন খুলথোকপা কৌই। মখোয়না মৈ পুরকই হায়দুনা পোইরৈতোন্না খুলথোক-মৈ হায়না খঙ-নথি।

পোইরৈতোনশিংনা—ইম্ফাল, নম্বুল, ঈরিন, তুরেলশিং অসিগী, তুরেল অমগা, অমগগী মরক্তা লৈবা অশোঙবা লমদু মৈ থাদোক্তুনা কোকহল্লগা, অতোঙ অতোঙবা মফম চাবা চাবা য়েংদুনা লৈরে (খুল-দারে)। মখোয়না কাংলুপ কাংলুপ থাবদোক্তুনা—খুলদাই। মাদুদগী তুরেল লুপখায়=লুখায় খুলদাবা হায়বা রাহায়সি থোরকই। তুরেল রাংম রাংমদা খুলদাবা, শকতি উনবা অদুবু—তুরেল রাঙ্ রাঙ্ খুল-দাবা কৌই। মখোয় হান্নগী লোকন্নুং-উন্নুং, লোককুৎ চীংজেপত্তা লেলম্বা পুন্সি মরেন অদু অকোকপা-তম্পাক্তুদি য়াদ্রে মখোয়না পুরকপা মৈদু কন্ননবা, নোংজু নোংশাদগী মশা কন্ননবা য়ুম শারে। মতৌ অম্নুম্না পোইরৈতোন্না খুলদাখি। পোইরৈতোনশিং অদুগী মচা মগুশিং অদুবুনা পোইনাওত্তা কৌরে। মীতৈনা, মচা মগু শন্দোকপবু—চাত্তা নাওত্তা শন্দোকপা কৌই। অহলশিংনা হায়বদগী ঐথোয়না তায়—"য়ুমলেপ কাংখুল মুৎতনবা, পান্নাও-শিংনাও তাহোনবা য়ুমপানগদবনি" হায়বা। খুনায়দা চৎনরিবা লোল অসিনা তাকই—'পোইনাওত্তা' হায়-বসি, পোইরৈতোনশিংনা শন্দোক্অম্বা নাওত্তা অদুবু পোইনাওত্তা

হায়রিবা অসিনি। পোইরৈতোনশিংনা খুলদারম্বা মকমদা, পোইনাওতাশিংনা খুল্লিংহৌই। পোইরৈতোন্না পুরকপা মৈহু, পোইনাওতানা য়োকহৌই। মসিদগী-'পোইরৈতোন্না খুলথোক-মৈ, পোইনাওতানা খুল্লিং-মৈ' হায়বা রাহৈসি থোরকই। রারেং অসি সোসিয়েল অমসু কলচরেল উৎননবা ইঙ্গবা নত্তে; ঈরাৎ লাইথৌ অমগী মরিদা মীতৈনা ঈরাৎপা (মৈ-লাৎপা) হৌঘিবগী মরিদা—'পোইরৈতোন, পোইনাওতা' হায়বা ইতিহাসকী (রারীশিংবুলগী) লংজিন অমা কাঙকপগী মরমদা অহুক পল্লুবনি, মতাং নত্তে পলজররোয় তেনশিনজরগে। (কনাগুম্বনা পোইরৈতোন হায়বসি পুরোহিত হায়বদগী থৈঘিবনি হায়হুনা পোইরৈতোনবু ময়াং ওযহল্লি। মিথিলাদগী লাক্তনা সরস্বতী তুরেল মপান্দগী নোংপোকলোমদা লাকই। মখোয়না করতোয়া তুরেলগী নোংচুপ থংবা মায়গৈদগী লাল্লকূনা, ডাপ্রুম চীংজিন তারকই হায়জিল্লিপোৎনি। মখোয়বু মথুগী-ধারানি, মাথব কৌই, মিথি কৌই-কা হায়জিল্লিপোৎনি।) মাহু মীতৈ-মরূপনা য়াদে, ককইবা অসিনি।

পোইরৈতোন হায়বসি—ঐখোয়গী লৈপাক চীংনা কোয়বা অসিগী মনুংদা পোকপনি, মখোয়না খুলশেম লৈশেমহুনা খুল্লিংলকপনি হায়হুনা মখোয়গী মমিংদগী লৌহুনা লৈপাক অসিগী মমিং পোইরৈ লৈপাক হায়না শৈথানরকইবা অসিনি। মখোয়না অকোকপা তম্পাক লৈতেম মামবদা খুলদাহুনা, মালেম তম্পাক্তা হুমিৎ, থানা ঙাল্লম্বা মতমবু মপুং ফানা উবা ফংলে। মাহুনা মখোয়গী রাথল মকা লাম্মকই। মহৌশা লাইরেম্বীনা—মালেম তম্পাক থক্তা অকনবা অথৌবা নিপা, পুক্লিং হুনা মশক ফজবী মুপী পোকহল্লকই। মাসিনা অমগা, অমগা থেন্নবা রাথল পোকহল্লি। ময়া হৌজিবা, মরোল

থোকত্রিবা অঙাংনা তুংশি পুক্লিং হুনা নোক্লকপা উরগা—শকউদবা কনানা, মরোল থোকত্রিবা অঙাংদা করি পাওবু পিরকপনো হায়বা রাথুল ( ভাব ) পোক্লকই। অকনবা অথৌবা নিপাগী মকমদা, মশক কজবী তুপীনা—অপাম তুংশি মিনোক্লা ঈরাং তৌরকপা শকফমবু—থাবুংথাগী মঙাল্লা তাংথক নায়দনা ঙাল্‌গুম্মী হায়না শান্দম লাক্লকই। মখোয়গী পুক্লিংদা ফাওবশিংহু—মচীন্দা শক্লুনা, শাথেক্লা খুৎলৈনা খোঙলৈনা উৎথোরকই। মাহুদগী লৈরোং (কলা) পোকখি। পোইরৈতোনগী মতমদগী অফ তুঙায় খঙবা, লৈবাকমচা তাবা ঙসিগী থাক অসি য়ৌরক্লবা চংশিল্লকখি। লৈপাক অসিগী লৈয়াৎ ঙমখৈগী ঈশিং-তুংশিং অসিদগী পোক্লকপা, ঈশিং-তুংশিং অসিদগী থোকপা চিঞ্জাক চাহুনা, ঈশিং-তুংশিং অসিগা লোয়নহুনা হিঙিবা পোইরৈতোনশিং অহুনা—মখোয়গী পোক্লভম লমদম পোইরৈ লৈপাক অসিনা—হাক্লমু ইংদা, হাক্লমু শাদা, অইং-অশা চানবা ( temperate region ) মফম, তুঙায়ত্রবা লমদম ওয়বনা মখোয়গী পুন্সি-লৈরোং ( জীবন-কলা ) ফুগাইনা শাংতোরকই। "Life and environment are, in fact, correlates"—Society—P. 74.

মখোয়না, অকোকপা লৈতেম মাল্লবা ভম্পাক্তা খুলদাবদগী, তুমিং, থাবু মপুং ফানা উবা ফংহুনা, অশংবা অতিয়া মকোয়দা তুমিং, থা, থৌরানমিচাক য়েংবদা পুক্লিং লুপশিনখি। তুমিংনা থোরকফম, তাখিভম, থানা থোরকফম, তাখিভম অসি নোংম-নোংমগী খর খর লেঙি, নোংমতা তিন্নদে। তুমিংনা, নোংমগী খর খর লেংবহু উবদগী মখোয়দা কাংলৈরোনগী ( theoretical science ) মখি তাখি। থাগী মকমমু, মশকমু নোংম-নোংমগী খর খর হোংবহু উরগা,

ঙসিনা সিনি, হয়েংনা অত্থনি খঙবা ঙম্বত (Practical wisdom) মখোয়দা কাওখি। নোংমগী হোঙকইব, অমস্তু য়ারোন অত্থনা, তেন্নগী অমস্তু শাংনগী ওয়না মখোয়গী পুন্সিদা অন্না হুঙায়গী থোদোক ওয়। অন্না-হুঙায়গী থোদোকশি অত্থু মখোয়না লেংশিন্দুনা শকই, উৎলি (Rehearsal)। হুমিৎ, শা, থৌরানমিচাক, থাবী, থাবুং অমস্তু মালেম পুন্নমক অসিদা, মিৎনা উবা ঙমদবা শিনথুংবা ময়াম্ন পাঙ্গল অমনা থওত্থনা, পুন্নমক অসিনা অকরুবা মা-মাগী কাংলম অমদা উঙত্থনা, মখোয় মশেল অমগী মতেং অমনা লৌত্থনা, তেংনা পাম্লিবা তেংবানববা! পুন্নমক অসিবু রায়েন থৌদাবা মপু (Theocracy) অমা লৈবা তায হাযবা রাখল অমা মখোয়দা ফাওই, অমস্তু মাত্থদা চেৎনা থাৰৈ। থাজবদগী অকিবা পোকখি অকিবা হায়বসিনা মীওয়বগী পুক্লিংবু শেংদোক্তুনা নোলুকপা অমস্তু চংজবা পোক্লকই মাত্থনা—লীচৎকি, লৈবাক্কী, খুনাম্নগী শেমগৎ শাগৎপদা পুক্লিং মমাই ওনশিল্লক্তুনা, ফজবা নিংথিবা লৈবাকমচা তাবগী অনৌ-অনৌবা মশক লৌরকই। শৈরেংদা, পুদিনদা, ঈশৈদা লৈরোংদা, শিনদা, য়েকপদা, হংবদ (কাব্য, সাহিত্য, সঙ্গীত, কলা, শিল্প, চিত্র, ভাস্কর) অনৌ অনৌবা পুথোরকই। অকিবা হায়বসিদগী লাইগী রাখল পোক্লকই ('রোমান কবি লুক্রেটিয়াসনা অকিবা হায়বসিমক লাইগী মমানি, পোকফমনি হায়")

থৌরায় পানবনা চারগা হিঙি, চাত্রগা শি, হিঙননবগীদমক চিঙ্গাক্কা থৌরায় পানবাশংগী থায়দগী মরূ ওয়বা মখোনি। চিঙ্গাক্তি কুমদগী থোকই, কুমনা পি চাননবা মহৈ মরোংদি হুনবা থাবদগী, হৌবা পানবা মুনবা লোকপা হেকপা থাওবা ফাওবদা—পোৎ পোৎ

অহুগী ওয়না থা ১ দগী ৬ ফাওবা চঙি। কুম চাবী (কুম কুমগী ওয়বা ) মহৈ মরোংদি, মকুম মথা চানা হুন্দ্রবদি অমসু লিংত্রবদি, মহৈ মরোং মতিক চানা ফংদে। অহুনা, মখোয়না হুমিৎ থাগী থোকফম, তাভম, মঙাল অমসু মমি মুন্না য়েংহুনা, কুম থা কুপ্পা পায়। হুমিৎকিদি, নোংম-নোংমগী মশক হোংদবনা, হুমিৎতা য়েংহুনা কুম-থা পাবা ঙমদে। মীওয়বনা শিজিন্নরিবা মতম অসিদি, হুমিৎতগী থোকপনিনা, হুমিৎতগী লৌহুনা পাদবদি য়াদে। মরম অহুনা হুমিৎতগী লৌহুনা কুম-থা পানবগীদমক, নোংমগী হুমিৎ থোরকপগা মায়োক্নগদবা মফম অমদা পুঙ য়াংনা থোনগৎলগা, পুঙথক্তা উখোং অমা য়াংনা য়ুংহুনা, উহুদা হুংশা মঙাল তারগা, মমি অহুদগী মতমগী খোঙচৎ লৌই। হুমিৎনা থোকফম, তাভম নোংমগী খর খর হোংবদগী' য়ুঙিবা উহুগী মমিসু নোংম নোংমগী খর খর লেংঙি। নোংমগী খর খর লেংহুনা চৎখিবহু, চহি মপুঙ হেক ফাবদা, মমিহু থোকফমগী মমিসু, তাভমগী মমিসু হান্নগী মফম অহুদা চপ চানা থুঙৈ। থোকফমগী মমি তাভম অহুবুনা নোংমাইপুং—নোংমৈবুং নত্রগা লমধাবুং কৌরে, হুমিৎ, তাঘিবগী মমি তাভম অহুবুনা লমদাবুং কৌরে। মতৌ অসুন্না হুমিৎ মঙালগী মমি য়েংহুনা চহিগী মপুম ফাবা মফমহু পুথোকখি। চহিবু, লৌইদাম মকুম-মশা থা ১২, কুম ৬ থোক্লা থায়দোকই। মখোয়না থা য়েংহুনা চৈ থাবদা থা ১২ মপুম ফাবদা হুমিৎ ৩৫৪ দমক শুই হুমিৎ ৩৫৪ অহুনা চহিগী মফম য়ৌবা ঙমদে। অহুনা চহিগী মফম অহু য়ৌনবা চৈ থাবদা চৈ ১১ চঙি। থা ১২ গী হুমিৎ মশিং অহুদা অরাৎপা ১১ তিনশিন্দুনা ৩৫৪ + ১১ = ৩৬৫ না চহি ১ গী হুমিৎ মশিংনি হায়না থঙখি।

হুমিৎ থা খোঙচৎ চানদবদগী, থা য়েংহুনা কুম পাবা য়াম্রে ; মরম অহুদগী খোৌরানমিচাক য়েংহুনা, খোৌরানমিচাক্কুগী হুমিৎ থাগী খোঙচৎ লৌহুনা লোইদাম মকুম-মশা খায়দোক্কুনা কুম পায় । খোৌরানমিচাক্কুগী হুমিৎ, থাগী খোঙচৎ চানহনবদি মথক্তা লামায় ২২ দগী ২৫ কাওবদা নৈনঘরে । "লোইদাম মকুম মশাবু মৈনা রায় তাংনা শম" হায় । হায়রিবা অসিনা তাক্লী—পাল্লম্বা থা অহুনা হুমিৎ মশিং শুরহুনা পানবা লোইরে, থাদোক্কুনা চৎপ্রে' তামগ্রে (লাপগ্রে) থংনবা কুম-থা অমনা শম্নরৈ হায়বনি । মকুম মশা হায়রিবসি চহিগী মশানি, মশাদি ওয়রগা, শজিবুনা হৌবা লমদানা লোম্বা মতাং ১২ গী মমিং নায়না লৈ । ওলাং-থানা হৌবা, য়েম্নিং-থানা লোম্বা, থা ২/২ না শাবা মতাং ৬ কী মমিং নায়না লৈ । মালেম্না হুমিৎকী অকোয়বদা ওন্না ওন্না কোয়বদা, কুম-থাগী অনৌ অনৌবা মশক ওল্লকই, লোয়ননা অনৌ অনৌবা মহৈ মরোং পি । পাল্লম পাল্লম্বা কুম-থা অহু হুমিৎনা চিংঘিহুনা ওনগ্রে, তামগ্রে, লৈঘিদরে ; মথং মথংগী কুম থানা শিল্লরে । হুমিৎকী মৈশানা চিংঘিবনি হায়হুনা মৈনা রাই ; শজিবুনা লোইহুনা তামগ্রগা কালেম্না শম্নে ; ওলাং-থানা তামগ্রগা, নোংজু-থানা শম্নে হায়হুনা লোইদাম মকুম-মশাবু, মৈনা রায় তাংনা শম হায়নৈ । চহিদা কুম-থানা (মাস-ঋতুনা) চৎথুনা লৈ হায়বসি, পাবিরিবশিংদা করিস্যু অনৌবা রা নত্তে । অহুবু 'লোয়দাম মকুম-মশাবু মৈনা রায় তাংনা শম' হায়বসিদা লৈরিবা "পুদিন লৈরোং" (সাহিত্য-কলা), অমসুং থোরকদোরিবা "শঙ্খাংলোন" (জ্যোতিষ শাস্ত্র) "শিঙবা-রোন" (অঙ্ক-শাস্ত্র); পুম্নমকী লংজিন অমা কাঙকইবহু উৎনিংহুনা নৈনজবনি । ঐখোয়না

'কুম-থা' হায়না শিজিনৈ, হিন্দুনা 'মাস ঋতু' হায়হনা ঐখোয়গী মথক মখা ওনৈ। মাসিমক তোঙাল তোঙালবা কলচরগী তোঙাল তোঙালবা রাপুনি। মথক্তা নৈনঘিবা, ঈরাৎপা হায়বসি মৈবু লাৎপনি, মৈ ফুমিৎতগী থোকই হায়বহ—লোযদাম মকুম মশাবু মৈনা রায় তাংনা শম হাযবসিদা তশেং তশেংলে।

অহৈঙগী (প্রাচীন) ঈবুধৌশিং অহনা, অশংবা অভিঙা মকোয় অসিদা, মখোযগী পুক্লিং অহ পূলপ লুপশিন্দুনা, ফুমিৎ, থা অমসু মশিং লাকঙমদনা থোকইবা থৌবানমিচাক যেংহুনা, চহি, কুম-থা পুথোকখিবসি, থন্থবিযু! মতম অহদা অবায়বা শবক নত্তে। মখোয়না—থৌরায় চীঙাক্কী পোকই; চীঙাক কুন্না পী; কুম চহিনা পোকই; চহি ফুমিৎতগী থোকই হায়বা খঙহনা, ফুমিৎপু মিৎনা উবা লাই কৌই। ফুমিৎতগী মৈ থোকপনিনা, মৈ ফুমিৎকী মশানি, মৈ লাৎলবদি ফুমিৎপু লাৎপনি হায়না থাজৈ পুন্নমক অসি শুপ্পা—চহিগী অরোয়বা লমদা থা অহমা নত্রগা থানা শাবা চহিদগী ফুমিৎকী চহি য়োংগদৌবা রাৎলিবা ফুমিৎ ১১ নি অহ, নত্রগা থাবু ফুমিৎ ৩০নিগী চাংদা লৌহনা থা ১২ × ৩০ = ৩৬০ না ফুমিৎকী চহী য়োংগদবা রাৎলিবা ৫নিহ তৌব'মা; লৈবাক নিংথৌ তানহনা কুমসিদি ফুমিৎ অহকনি তৌশি হায়বহ লেপনহনা; লৈবাকী ওযনা পুন্না অককবা মফম অমদা ঈবাৎলি। ঈরাৎ অহদা লৈবাকী অমাইবা অমাইবী কয়ানা "লাইরা" শোল্লি, "তৌলরা" শকই রাঙুশুশিংনা লাইরা হন্দোকই, তৌলরা তাকই (discourses on Brahma and Creation) ঈরাৎ অসি চহি মপুমহমা শক্লা তৌবা ঈরাৎনি। থৌরায় পানবনা চহিগা মরী লৈনরে; চহিনা মালেম, থা, থৌরানমিচাক, ফুমিৎকা মরী লৈনরে, পুন্নমক অসিদা লাই হাপচিল্লগা— তাইবংপানবা,

তেংবানবা, লাই (জীব,জগৎ, ব্রহ্ম) মরী শম্নরে। মাসিবু ঈপুরোয়না লৈহঔ নোংহঔবা কৌই। মখোয়না, মাংলমচৎকী পুরেনশিংনা থম্নী-রম্বা লাইরোন—"ঈপুরোয়না ঈঙারেনগী মরোংনা ঈমুংবুংদা লুপথখি, ঈঙারেননা থেঙ্গুরেন, থেঙ্গুরেননা ওকশারেন ওয়খি" হায়বা লাইরোন অসিবু অনিথোক্না হনখি—(১) তেংবানবগী (Macrocosm) ওরবদা —ঈপুরোয়না মশাদা লোয়নতুনা পুরিবা মৈ অতুদা মশামক্না মৈরী-মণ্ডাল ওয়তুনা হঔরগা, মশামক, মৈরীতুদা চংতুনা. মশামক্কী মৈ অতুদা মশামক কৎথোকখি। হিন্দুগী "বেদ"দস্মু পুরুষ সূক্তদা—(the virat Purush sacrificed Himself to Himself—ANCIENT INDIAN EDUCATION—BY—RADHAKUMUD MOOKERJI) তেংবানবগী মপুনা মশামকপু মশাদা কৎথোক্তুনা (ঈরাৎ) লৈহঔ-নোংহঔ ঘি হায়ব'মা (২) তাইবংগী (Microcosm) ওয়বদা থৌরাম্বনা মরোং অমদগী অমদা মথং মথং চাওখৎলকপা।

ঈপুরোয়না মশামকপু, মৈদা থাদোক্তুনা লৈহঔ নোংহঔঘি হায়ব-সিনা, ঈরাৎ অসিনা ইহান হানবা ঈরাৎ (Primordial yajna) ওয়বা তারে। মাতু লৈহঔ নোংহঔ হায়বসিনা তাকই। রারোন থুগায়তুনা থিশি—লৈ + হঔ = লৈহঔনি মাং থারিবা রারোন 'লৈ' অসি রাকম অসিদা হান্নদগী লৈরবা (existing from the begin-ing) হান্নবা খঙসি। 'হঔ' হায়বসিনা মৈদা শিজিন্নে। পাঙ্গল ফুদোরকপবুস্নু হঔ কৌই। পাঙ্গল পুন্নমক্কী ফুদোরকফমদি মৈদগী হঔরকপনি। অতুনদি লৈহঔ হায়বসি—হান্না লৈরম্মবা মৈতু হঔ-রকপা হায়বনি। হৌজিক তেংবানবা অমসু তাইবংপানবসি লৈরব-নিনা, অরৈবদগী লৈরকপনি। কৈস্নু লৈতবদগী কৈস্নুওয়বা য়াদে

(Nothing comes from nothing)। নোং+হঔ=নোংহঔ নি। রারোনগী মতুংইন্না 'নোং'হায়রবসি, নোংথক্তুগী চুরকইবা (তারক-ইবা) ঈশিং অদুবু থাইনা নোং কৌই; অদুনা নোং ঈশিংবু খণ্ডনৈ। নোং অদুদা রারোন তপশিন্দুনা (প্রত্যয়; Suffic) নোংয়ায়, নোংঙাল, নোংমং, নোংজা, নোংমন, নোংশা, নোংবান হায়বরদি— ঈশিং খণ্ডনরম্বদু মপাম্বোংদদি মাঙত্রে; অদুগা মতুংগী ঈচেলদি অদুম নৈ। মাদুদি—নোংনা চীঙ্গাক ওয়, চীঙ্গাক্না থৌরায় ওল্লি, থৌরায় পুন্সিনা তাকই, পুন্সিনি। থৌরায়না হিঙবা (জীবন) অসিবু নোং কৌই। থৌরায়না হিংদুনা নৈরিবসি মতমগী মবুক মতুংদনি, মতমনি। নোংয়ায়—ঙসি নোংদগী হয়েং নোংদা হেক লানঘিবা খুদক" (point event) অদুবু নোংয়ায় কৌই। নোংয়ায়না ঙসিনোংগী মপুম ফবা মশক অদুমা তাকঅম্মী লাকইবা ঙসিনোংগী মশক উৎলকপবু নোং-ঙাল, পুন্সি মশিং থারকপদা, অহিং তুংথিল অনিনা শাবা মপুম ফাবা মতম অমবু নোং অম—নোংমা হায়না থায়। তুমিৎতগী থোকপা মতম কোবা মৈনা পুন্সিবু নোংম-নোংমগী চাকথেক্তুনা চাঘি হায়দুনা হৌগ্রবা নোং অমবু নোংজা কৌই। শিববু নোংমনবা, পুন্সিববু নোংশাংবা, তাইবংতা খলদুনা লাইরমমেন কাউনা পানববু নোংবান কৌই। নৈহঔ-নোংহঔবু ফিলোসোফাইজ তৌবদা দার্শনিকশী ন্যায় বিচারদা থোরকইবসি, লোল অসিগী মতিকনি; quality নি; property নি। ঈমারোল অসিবু হৌজিক্তা থোংনেৎনবিদুনা কয় মপাল শাগ্রে।

ঈপুরোয়না (বিরাট পুরুষ), তেংবানবা শেম্মগে নিংদুনা, মশামক্তা অচাকপা মৈবুল অমা (a huge glowing ball) ওয়খি। মৈবুল

অদুনা তেংবানবগী পাঙ্গল (universal energy) ওয়্রিঘি। ঈপুরোয়না "হুং" হায়না পাঙ্গল ফুদোরকপদা, মৈবুল অদু পোকখায়্রদুনা মৈরী পাইথোকখি; "নিং" হায়না চিংশিনবদা পাইথোকখ্রিবা মৈরী অদুদগী চিংশিনবগী পাঙ্গল লোয়নখিবনা মশেন চিংনদুনা তংহোই। পাইথোকখ্রিবা মৈরীশিংদু, অতিয়া মকোয়দা মশিং থিঙমদনা থোকইবা নিংথৌতুরেল, সুমিৎ, থা, থৌরানমিচাক উরিবশিং অসিনি। ঈপুরোয়গী হোম্দোক হোজিন্দগী তেংবানবা ওয়্রিঘি হায়দুনা "হুংনা নিংনা নরোংনি" হায়না ঈপুরোয়বু শৈথানরকই। সুমিৎ, থা, থৌরানমিচাক, থাবী, থাবুং পুম্নমক অসিনা, তেংবানবগী পাঙ্গল ওয়দুনা, তাইবংপানবা ওয়রকই হায়বদুদি মচাক-মচনশিং অসি, থিব-হুম্বদগী খঙবা ভম্মে (প্রেক্টীকেল রাইজদম)। ঈপুরোয়গী শেম্নগে, শারগে, নিংবা পুক্লিং অদুদগী 'হুং' ঈনিনথোল অসি থোরকই, অদুনা হুং অসি পুক্লিংগী থৌনা (mental ac ion) অদুনি, পুক্লিংনি। লাইগী পুক্লিংনা থঔবদগী—মীওয়বগী পুক্লিংদা ফাওরিবা পুম্নমক, রাহায়না ফোংদোকপা ভম্ব', লৈবা খিবিকসি ওয়খিবনি হায়না লমায় ১১ দগী ১৬ ফাওবদা শুগাইনা নৈনখরে। মতাং মতাংদা য়াওরকপা রাহায় রারোল অমমমৃগী লৌখুল (অর্থ) হম্দোক্নবা হোৎনবদা, নৈনরকইবা রাফম অসিনসু অথুপ্পা ঈচেল (গূঢ়তত্ত্ব, Mystery) ওয়বনা, তোঙাল তোঙালবা রাহায় রারোলনা খঙননবা হোৎনদবসু য়ারক্তে। মরম অদুদগী হঞ্জিল্লকদবা রাকম লাকপদা মথক্তী লামায়দা শিন্নরগা থাদোকচরি। ঐহাক্না কন্না হোৎনজরিবদি মীগী ভাল্লবা পোৎশক্তি খঙজ্রিবা অদুগা; ঐখোয়গী ফেংদোকত্রিবা শেঞ্জেং অসিগা থানদুনা—য়াক্তী, য়াক্না শেঞ্জেংনি খঙজবসিনা মীগী

খঙদবহ্ন খঙবা ; মীগী অরংবা মঙালহুনা য়াক্কী, মকশিল্লিবহ্ন ভাঙ্কোকহন্দুনা শেঙ্গেংগী অরংবা মঙাল ফাওহনবা ; মীতৈগী চমম্নবা রাখুলশিংহু ( nebulous ideals ) তশেং তশেং খঙবা অমদা ওম্বোকপনি ।

অরোয়বদা, মথক্তা নৈনরকইবা পুম্নমকসি পোইরৈভোন, পোই-নাওতাশিংনা খঙঘি। মখোয়না, ঈরাৎলগা (মৈলাৎলগা, যজ্ঞ) ঈরাৎ-তগী মৈঙালগা, মৈশাগা থোকই ; মঙালদগী মৈখু কারকই ; মৈখুহুনা মৈশা পুহুনা শাইখৎখি ; মৈখুনা লৈচীন ওনখি ; লৈচীনদগী নোং ওয়না চুরকই ; নোংনা চিঙ্গাক ওল্লে ; চিঙাক্তগী থোরায় পোক্রকই। মতৌম্নুম্না মখোয়না মৈনা থোরায়গী হৌরকফম্নি, লৌশিংগী থোরকফম্নি, অপেনবা পুম্নমক মৈনা পি খঙহুনা ; ঈপুরোয়না ঈরাৎহুনা লৈহঔ-নোংহঔখিববু নিংশিংহুনা ঈরাৎ অমুক হৌদোকখি ( primeval yajna ) চহি অমা শক্লা তৌবা ঈরাৎ ওয়বনা, হুমিৎকী মঙাল য়েংহুনা ঈরাৎ হৌই। চহিনা থুংলবা মঙালগী মমিত্তাভম য়েংহুনা, চহি মপুম কাবগী নোংয়ায়দা ঈরাৎ লোয়শিল্লি। মতম লাইনি খঙহুনা, মতম পুম্নমক্লা চহি কৌবা মফমদা পুলপ তিনবা চহিবু লাৎপনি হায়হুনা লাই-খুলদিল-লালুপ কৌই। মাসি মীতৈগী অচৌবা ঈরাৎ অমনি হায়বহ্ন মথক্তা নৈনথ্রিবা অতুদগী খঙবিরনি। ঈরাৎ অসিনা মীতৈ লীচৎ (ধর্ম্ম) মশক শেংনা তাক্লি।

শম্লপ লোয়শিঙ্গরে